# মৈতৈ জগোই

তরুবশুবা শরুক

(MANIPURI DANCE PART VI—DHRUMEL)

ফোঙজবা অমসুং সম্পাদন তৌজবা

শ্রীতুরচান্দ শর্ম্মা

অহানবা ফোঙবা—১৯৭০ ইং

কোপী—৫০০

মমল লুপা ৩'২৫

# মহাক্রুমেল

## বিষয়-সূচী

কখোকচবা—

নটবরবপু শ্রীশ্রী৺গোবিন্দজীউগী চরণদা

শ্রীচরণগী—

সুরচান্দ শর্ম্মা

থাগৎচবা—

আর্থিক সহায় পীবিদুনা লাইরিক মচা অসিবু ফোঙজবা ঙমহনবীবগীদমক মণিপুর সরকারবু হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজৈ ইতি—

চঙজরিবা—

সুরচান্দ শর্ম্মা

---

নম্ফম :

ডি মণিপুর ষ্টেশনরী এণ্ড প্রিন্টিং ইণ্ডষ্ট্রিজ, নাগ-মপাল ইম্ফাল।

MSPI/No. 258/70-1000 Copies

# রাহৈ খরা

নট মহাক্রমেল-নচিংবগী হৌনবী মচাক খোমজিঞ্জখিবসি খৃঃ অঃ ১৯৫৬—৫৭ ভনি। মসিদা মরু-ওইনা অথোইবা মতেং পীবিখিবা ওজাদি শ্রীমৈতৈ তোম্বা সিংহ সনা-পালা-হঞ্জবা সাং ব্রহ্মপুরদা লৈবনি। অঝা অসিগী অঙকপা গুণ অমদি ওঝানা ফাবা পূংলোন খুদিংমক চীন্দা অতুম্মক পকই, অতুগুমতনা ক্রমেল পুন্নমকস্থ চীনফাদগী লোইবা ফাওবা তাকপি। ওঝানা হায়—"ঐদি লাইরিক হৈতে অতুনা কোর্বেক লিংদে, চীন্দা পকলিবা অসিনা কাউথ্রবদি অতুম্মক লোইরে। মরম অতুনা কাউদনবা হুজীকস্থ অভ্যাস তৌজবা তোক্তি।" মহুং-হুজিনবা মীনা তমতুনা খঙই মতুদি, ঙসি ফাওবদা ফম্মুংদা লোংনা হীপ্লগা হকচাংগী নাকল অনিমক্তা উবাক মচেৎ অমমম থমলগা মতুদা খূৎ অনিমক্কা পূং-খত্তুনা ঔরাইবা তোক্তি। অতুগা অযুক্তা মহুঙ অচৌবা চঙলুরগস্থ থোরক্লগা তেক্লাদা পূং খত্তুনা চোলোম-সাধন তৌবস্থ তোক্তি। অরোই-বদা ১৯৭০ ইংদা অমুক হন্না লাইরিক অসিবু সংশোধন তৌবা মতাংদস্থ ওঝা অসিনা য়েংশিনবীখি। সংগ্রহ অসি তৌজবদা মতেং পীবিখিবা অতৈ ওঝাশিংদি, স্বর্গীয় ওঝা চবূংবম চাউবা সিংহ হঞ্জবা, ওঝা শ্রীপার্থ সিংহ, ওঝা শ্রীথম্বৌ সিংহ (মতম অতুদা পূংলোনহন ওইবীরম্বা) অঝাশিং অসিনি। শ্রীবিপিন সিংহ নৃত্যাচার্য্যস্থ অথোইবা মতেং পীবিখি।

বংদেশকী ক্রমেলনা শ্রীঅথোকপম মেরা সিংহ সেবক-পালা হঞ্জবা, শ্রীখোমদ্রাম মুক্তাসিংহ লৈপাকচাবা হঞ্জবা অমসুং শ্রীকৈশাম য়াইমাসিংহ সেবক পালা ঈশৈ-হনবা অমদি স্বর্গীয় য়ুম্নাম ওঝা তোম্লমু সিংহ লৈপাকচাবা ঈশৈহনবা—ওঝাশিং অসিনা অথোইবা মতেং পীবিখি। অতুবু অরাবদি, ওঝাশিংনা তাকপিবা মতুংইন্না ঐনা মপুম ফানা ফানা লৌশিন্দুনা ফোঙজবা ঙমখিদে। মরুওইনা পূংগী লাইরিক ফোংবদি ঐগুম্বগী ইতিকস্থ নৎখিদে। ঐনা তৌজরিবমক্তবু মিৎনা উরিবা পালন তৌবগী মওঙ অতুতা য়েকশিঞ্জবনি। মপূং-ফাবা মশক উবীদবগীদমক ওঝাশিংনা ঐবু ঙাকপিসনু।

নট অমসুং বংদেশ অনিমক্কী পূংলোন খূদিংমক্তা ছন্দ-মাত্রা খায়না notation তৌবিবসি মমিং চৎলবী কুমারী কলাবতী দেবী নর্ত্তনালয়গী ছাত্রী, হুজ্জীক্না বোম্বেগী ঝবেরী-মচিম্মনাউশিংগী partner ওইনা লৈবিবী কলাকার অসিগী মতেংননি। সম্পাদকতি পুং হৈজদে।

অসুম্না পাঙজদবা ঐবু লমজিংবীখিবা ওঝাশিংনচিংবা পুন্নমক্তা লোইবা নাইদবা তৌবিমল উৎচবি। অবান-অহুই ত্রাকপিহুনা মতুংদা চুমথোকচনবা খুদোং-চাবসু ফংহনবীনবা পাঠক সমাজদা নোঞ্জে। হুজীক ধ্রুমেলগী মরমদা অমুক খবদং নিংশিংজবি—

১। **মহাধ্রুমেল**—শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্রনা পুথোকপিবম্মী। যাওখিবা ওঝাশিং চেশম নিত্যাই, প্রেমানন্দ নচিংবা। শ্রীযুৎনা কৎলম্বা নংখিদ্রবদা মজাইবুংঙো চৌবজিংনা মবাইবুংঙোগী কীর্ত্তনদা কৎখি।

২। **নিত্যাই ধ্রুমেল**—মাজিৎ মহাবজনা ঙাঙবম ওঝা ইবাবম্ভ, অথাম রঘুনচিংবগা লোযননা শেমখি। ঐরা লানগায়হুনা কৎলমদে। গোবিন্দনা ময়াং লৈবাক্তা লেঙথ্রবদা নিংথৌ যাদবসিংহগী মতমদা মণিপুরদা মসি কৎখিবদগী থুল্লক্কা অহুম ওইখি।

৩। **গৌর ধ্রুমেল**— শ্রীযুৎ নরসিংহ মহাবাজনা ওজা শ্যামা ঠাকুরনচিংবগা তান্নহুনা শেম্লগা ময়াম্সুং ইবুংঙো গম্ভীরসিংহগী কীর্ত্তনদা কৎখি। কোর্ব্বেক অমগী মত-তা মসি শেম্বদা যুম্নাম ওঝা যদুনাথসু য়াওবা ওইনা ইবা থেংনৈ।

৪। **দেবী-ধ্রুমেল**—স্যার চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা ওঝা যদুনাথনা শেমখিবনি। দুর্গা পুজাদতা কৎনৈ। হায়নবা লৈ মহুদি, শ্রীযুৎনা লানগায়হুনা ময়াং লৈবাক্তা লেঙশিনবদা জিরিগী কালীমাইদা দেবী-ধ্রুমেল অসি কৎকে হায়না সংকল্প তৌরম্বদগী নিংথৌ খুবম হল্লিলবদা মসি শেমহুনা কৎখিবনি।

চঙজবা—
সম্পাদক—

১। ১১। ৭০ ইং—

# মৈতৈ জগোই

## মহাঞ্রুমেল

নিত্যাই-পূজা—

মহাঞ্রুমেল অসি য়ৈবা তারবদি য়ৈগদবা পুং ১৪ অহু মগুলী পূজাগী অরাং নোংচুপ ওইরপনা অপাকপা ফীডৌ অমা থারগা মথক্তা পুং-মনাউনা মখা ওন্না ওন্না অনৌবা পুংয়োম হোংলগা পরেং লেংহুনা থমগনি। ঈশৈহনবা, হুহার অমসুং খোম্বাংবগী করতালসু পুংগী মমাঙদা থমগনি। পুং থমলিবা অসিগী মাঙ দা ( পরেংগী মখা থংবদা ) আসন অমা থারগা মাহুগী মথক্তা শ্রীগৌরচন্দ্রদা কৎনবা ফীরোয় শুনা থমগনি। ব্রাহ্মণনা পুং পরেং অসিগী নোংচুপ্তা ফমহুনা ঘটতা নিত্যাই পূজা তৌগনি। গৌরচন্দ্রদা কৎলিবা ফীরোয় অসি সঙ্কীর্ত্তন লোইদ্রিবা ফাওবা মগুলী পূজাগী মখারোমদা থাংজিন্দুনা থমগনি। মাসিদা কৎপা থাউমৈসু কীর্ত্তন লোইদ্রিবা ফাওবা মুৎহনবা য়াদে। মরম অহুনা অচৌবা পাত্রদা থাউমৈ থানগনি, থাউ-ঘি লোইখ্রবসু অনৌবা হাপচিনগনি। গৌরচন্দ্রদা কৎলিবা ফীরোয় অসি কীর্ত্তন লোইরগা পুংয়ৈবা মকোক্লা লোগনি।

## মণ্ডলী পূজা—

মাণ্ডবকি খায়গি ময়ায়দা মণ্ডলী পূজা তৌগনি।

মাঙ্‌দা(নোংচুপ লোমদা) ফি অঙৌবগী আসন অমা থাগনি। হৈন্নাক পানা কৎকনি, ধুপ থাউমৈ থাগনি। খুল্লক্তদি মসি শুমাঙ্‌ ময়ায়দা হৌরিবা বৃন্দাদেবী (তুলসী ) মখোঙদা মণ্ডলী পূজা তৌনৈ। বৃন্দাদেবীবুসু অহনবা ফি অমনা কোয়শিনগনি।

অসুম্না নিত্যাই পূজা তৌবা লোইরগা পুংয়ৈবা, ঈশৈহনবা, তুহার অমসুং খোম্বাংবশিংনা অহানবদা গোবিন্দ, মথংদা নিত্যাই-পূজদা ওনশিন্দুনা গৌরচন্দ্র অমসুং অরোইবদা ব্রাহ্মণ মাণ্ডব মপু, নিংথৌনচিংবা ভাবুক পুন্নমক মথং মথং দণ্ডবৎ তৌত্থনা খুরুমগনি। খুরুম্বা লোইরগা য়াওগদবা পুংয়ৈবা অমসুং ঈশৈ শক্কদবা পুন্নমক মাগী মাগী হৌনবী ফিজেৎ লৈতেংনগনি। *

## ধ্রুমেল খুৎকোয় —

ঈশৈ শক্কদবা পালা পুন্নমক পরেং অমুক্তদা চন্দ্রবসু মরোল ২। ৩ থোক্লা কোয়বা য়াই। অসুম্না কোয়হনা পালা পুন্নমক অহানবদা ফমগনি। পুংয়ৈবা ১৪ না মণ্ডলী পূজাগী খা-রাংদা নোংপোক নোংচুপ ইন্না মী ৭-৭ না থা-মচেৎ শানা শানা লৈগনি। অরাং থংবা পরেংগীনা নোংচুপ থংবগীনা, মখা থংবগীনা নোংপোক থংবনা মকোক ওইগনি। ঈশৈ হনবশিংনা পুং পরেং অনিগী নোংপোক থংবা লোন্নবা মরক অতুদা মমায় নোংচুপ ওনশিন্না খা-রাং ইন্না লেংগনি। ঈশৈহনবশিংগী মতুংদা খোম্বাংবা ( খোন পাংবা ) মথৈসু থা মচেৎ শানা মকোক মথং নাইনা লেপকনি।

অসুম্না পালা লেংবা অসি, পরেং অমত্তবু ওইরবসু অনি অহুমবু শুরবসু গোবিন্দগী মাঙদা মথোঙ অমা ফাত্তুনা হোহন্দবা য়াদে। তুহারনা

---

* পালাগী ফিজেৎ লৈতেংগী মরমদদি ঐনা ইজবা মথক্তী মৈতৈ জগোই-অহুম শুবা য়েংবিয়ু।

ফাৎলিবা থোঙ অসিগী অরাং থংবদা মকোক মথং ওইনা মথং মথং লেপ্লগা মথংদা অচম্বা পালানা শমথখিগনি। অসুম্না লেংলকপা পালা অসিনা থোঙগী মখা থংবা চিদাই য়োনা লেংলকনি। মাগুব ময়োনগী নোংচুপথংবা উখোঙ ৪ গী মন্থুং থংবা উখোং অনিগী কারক অহু অহুম্মক থাদোকনি। পালানা পরেং অনি ২।৩ থোক্লবসু ফাৎলিবা থোঙ অসিদি ফুনজিনবা য়াদে, ফাৎকদবনি।

অসিগুম্বা ক্রুমেলগী মতম অসিদদি অহোরাত্র কীর্ত্তনদা য়াওগদবা পালা পূম্নমক্কী মী শুগদবনি। অরিবগা অনৌবগা পুন্না শক্কদবা লৈরবসু ক্রুমেলদদি পুনশিন্নদবা য়াদে। থায়নদি পালা খুদিঙমক্তা মী ৬৪ শুনা লেপলম্মী, মথংদা চূড়াচাঁদ মহারাজগী মতমদা মী ৪৫ দা লেপখি। অদুবু মশীং হেনবগীদি বেরা লৈতে, ৱাৎপতদি য়ানদবা ওইনা লৈ। খুল্লক্কীদি অঙম ঙমদা য়েংহুনা তৌনৈ, অককপা লৈতে।

## সাত সম্প্রদায় অমসুং ক্রুমেল —

চৈতন্য মহাপ্রভুনা নীলাচলদা রথ দর্শন তৌখিবদা ভক্তশিংনা সম্প্রদায় ৭ থোক্না থায়দোক্তুনা সংকীর্ত্তন কৎখি। সম্প্রদায় খুদিঙদা ঈশৈহনবা অমা, তুহার (ঈশৈ খুম্বা) ৫ অমসুং পুংয়ৈবা ২। ২ অহুগা জ্গোয় শাবা মী অমা অসুম্না অথোইবা ওইনা মী ৯। ৯ য়াওখি। অসুম্না সম্প্রদায় ৭ তা মী ৯। ৯ য়াওবনা শুপ্না মী ৬৩ শুখি অহুগা স্বয়ং মহাপ্রভু থারগা মী ৬৪ শুখি। পুংয়ৈবসু সম্প্রদায় ৭ তদি পুন্না ১৪ শুই। অথোইবা মী ৬৪ অসি নত্তনা ভক্ত অতৈসু মশীং থীবা ঙমদনা লৈরম্মী, সংকীর্ত্তন য়াওরম্মী। অদুবু অহেনবা অদুদি লৌবা ঙমদবনা মরু ওইবা ৬৪ অহুদং লৌরগা ঐখোয়গী পালাদা ৬৪ তৌনরম্বনি. মসি সাত-সম্প্রদায়গী অপুনবা মশকনি। পুংদি মতম পুম্নমক্তা ১৪ শুনা ফংদবনা অসুপ্পা ওইনা ক্রুমেল নত্তবা মতমদদি মী অনিতনা য়ৈনৈ। অসুম্না পালা খুদিংদা ঐখোয়গী পূর্ব্বপুরুষশিংনা চৈতন্য প্রভুগী সাত-সম্প্রদায়গী অপুনবা মশক চপ চানা লৌহুনা নিয়ম ওইনা ফজনা থম্বীরম্মী।

মন্দিরনা অরাংদা লৈরবদি অরাং লোমদা পালাগী মথোঙ ফাৎকনি, পুংয়ৈবসু খা-রাং ইন্না লেংগনি, ঈশৈহনবনা অরাং ওল্লকনি।

**পালাগী মথং মনাউ—**

কীর্ত্তনদা বংদেশপালাসু (লৈপাকচাবা অমসুং সেবক পালা) য়াওবা তারবদি অনৌবা নটপালাগা অতুম্মক য়েৎশিন্নদুনা মথক্তা হায়খ্রিবা মওঙ অসি তৌগনি। মকোক্তি নটকি পালাহননা চৎলগা মখাদা লৈপাকচাবা অমসুং সেবক পালাগী ঈশৈহনবনা লেপকনি। পুংয়ৈবশিংগীসু অসি মঙায়। অদুবু ওঝাশিংনা চহিগী নহা অহল য়েংনতুনা মতুংদা মকোক মথং শীন্দোক্লবসু তৌনদবা নত্তে। মওঙ অসুম্না ক্রমেলগী মতমদা নহা অহন য়েংনা লেপ্লরবসু ক্রমেল লোইখিতুনা পালা নায়তোম শক্লরকপা মতমদদি অনৌবা নটকী পালাহননা খ্বায়দগী হান্না অহানবা শৈশক অতু শক্কনি। মবমদি, পালাহননা নিংথৌগী সনাপালা ওইনা তৌখিবদগী নিংথৌগী সন্মান থমদুনা লোয়শঙদসু মকোক ওইবগুম্না লৈ। নটপালানা অনি শুখিবদগী পালাহন পালানহা হায়না মিং থোনখিবতনি, বংদেশতগী হানবদি নত্তে। অসুম্না পালাহন্না খ্বায়দগী হান্না শক্লগা অতৈ পালানা মকোক মথং য়েংতুনা মথং মথং শক্লগনি।

চূড়াচাঁদ মহারাজ সনা হাক্তুদি অরিবা অনৌবা অনিনা য়েৎনবা তারবদি মতম মতম অতুগী লালূপ গোকপা পালা অতুনা মপূং ওইনা তৌই হায়বদি অরিবগী লালুপ্তা ক্রমেল তৌবা তারবদি নটপালাসু অরিবগী মতুংইন্না অরিবগী হৌনবী তৌবদা অতুম্মক ইনগনি। অতুগা অনৌবগীদনা অরিবনা অনৌবগী নিয়মদা ইনতুনা তৌগনি।

**গন্ধচন্দন অমসুং বরণ—**

অসুম্না শেমশাবা লোইতুনা পালানচিংবা কোয়তুনা ফম্লগা পালাদা গন্ধ-চন্দন চঙগনি। অহানবদা পুংয়ৈবা মকোক্তা গন্ধ-চন্দন চঙগনি, মথংদা পুংয়ৈবা তুংইনবদা চঙলগা ঈশৈহনবা, তুহার, খোম্বাংবা

অতুগা মমৈদা তুহারগী মথংদগী হৌতুনা খোমদোন ফাওবা মথং মথং গন্ধ-চন্দন তৌগনি। খোমদোন ফাওবা লোইরগা খোম্বাংবা মতোনগা থংনরিবা অতুদগী হৌতুনা খোম্বাংবগী অরোইবা অতু ফাওবা অমূক তৌগনি। ওঝাশিংনা খোম্বাংবা মকোক থংলিবা অদুবু "খোম্বাংবা মতোন" হায়নস্সু খংনৈ। করিগুম্বদা নিংথৌনা ঈশৈ শরুবদি গন্ধ-চন্দন পাত্র অনি শুনা শেল্লগা পূংয়ৈবা মকোক্তা খজীক্তুং হাল্লপ্না তৌগনি মথংদা নিংথৌদা অতোপ্পা পাত্র অতুনা চঙগনি। মওং অসিগুম্না পানা-কা অমদি ফীরোয় ফীঙাম য়েনবদস্সু নিয়ম অসি চৎকনি। পালাদা চংলুবা গন্ধ-চন্দন অসি অহানবদা মাণ্ডব মপুদগী হৌরগা কোন্না ভাবুক অতৈদস্সু মথং মথং তৌরুগনি।

গন্ধ চন্দন তৌবগা লোয়না লোয়ননা পানাস্সু অতোপ্পা মী অমনা য়েনগনি। মথংদা ফিনা বরিরগা মঙক্তা লৈ পরেং অমমম হুক্লমগনি। ক্রুমেলগী মতমদদি বরিফি অসি পূংয়ৈবা ঈশৈহনবা, তুহার অমস্সুং খোম্বাংবা মখোয় অসিগীদি ফীরোয় শুদবা য়াদে। (১) পালা অতৈগীদি নম অমগা লেংয়ান অমগদা তৌরবস্সু য়াই।

## মাণ্ডব মপু অমসূং ভাবুক—

সংকীর্ত্তন তৌফমগী নোচুপ্তা মোইরাং লায়জী ওইরপ্না মায় নোংপোক ওন্দুনা মাণ্ডব মপুগী ফম্ফম থাগনি। অসুম্না পালা বরিবা লোইরগা মথংদা মোইবুং খোংবা বরিগনি। অসুম্না পালা বরিবা অসিগা মতম মান্ননা তোঙানবা গন্ধ-চন্দন পাত্র অমনা হুমিৎ অতুগী মাণ্ডব মপু ওইগদবা ব্রাহ্মণদা কত্তুনা ফীরোয়নচিংবনা বরিগনি। খুল্লক্কিদি পালা, মোইবূং-খোংবা লোইরগা মাণ্ডব মপু কোন্না বরিনৈ। মসিদি থৌরাঙ চাও-থোকপা ঙমদবদগী তৌনখিবনি। শরুদোরিবা ঈশৈ অতুগী অকায়

(১) নম = লেংবান্দা কুপথনা ইনবা য়াবা ফি
লেং = ওয়গী লেংবান্দা শাংনা য়াম্বনবা ফি

অতোই য়েংবা হৈবা, তান লয়গী বিচার তাকপা ঙম্বা, শাস্ত্র হৈবা মীচং মীথায় নাইদবা, পূকচেন লাকপা ঙম্বা মতীক চাবা ব্রাহ্মণনা মাগুব মপু ওইগদবনি। ঈশৈ হৌরমদাইদসু লোইরমদাইদসু ঈশৈ শকপন-চিংবনা মাঙোন্দগী য়াথং লৌগদবনি। করিগুম্বা অকায়বা য়াওথ্রবসু কোম্না মঙোন্দা লানখ্রে হায়না তাক্তুনা দোষ কোকপিনবা হায়জগদবনি। মরম অতুনা মাগুব মপুসু তোপ্পা পূজা তৌফম থোকই।

## লৈ-চন্দন কৎপগী মওং—

তিল্লরিবা ভাবুক পূন্নমকপু "স্বাগত" তৌবগী মওংদা অরাক-অরাকপা খূদিংগী হেক ফমথবগা লৈ-চন্দন কৎকনি. পানা তাঙ্গা অমসু কৎকনি। মাসি শোয়দনবা—মী খূদিংমকপু অসুম্না নিংথিনা ওকপা ঙম্নবা নিপা অনিনা অৱাং নোংচুপকী চিথেক অদোমদা লেপ্তুনা অনৌ অনৌবা মী চংলকপা য়েংদূনা লৈগনি

লৈ-চন্দনগী পাত্র অসি অয়াম্বনা লৈপাক্লা শাবা কম্বীদা তৌনবনা নম্মি। পানানা লূকমায় (পূখম মওংদা পৈয়ানা শাবা) নত্রগা উগী হোরাই (উনা পূখমগী মওংদা শাবা) দা তৌনৈ। লৈ-চন্দনগী পাত্রদা লৈ অমসুং চন্দন অতকপা হাপকনি। চন্দন অসি চূয়াচন্দন্না তৌগদবনি। লৈ-চন্দন লৌবা মীনা য়েৎকি খূৎনা লৈ মনা অমা লৌরগা লৈ অতুনা চন্দনূদা নমতুনা মশাগী লাইবক্তা নমগনি, লৈ অতুনা য়েৎকি নাকোংদা থেৎচিনগনি। নূপীনা ওয়গী নাকোংদা চিনগনি। করিগুম্বদসু খূৎনা চন্দনদা লূপশিনবা, শোকপা য়াদে। লৈ-চন্দন নত্রগা গন্ধচন্দন চংবা মতমদা তৌরিবা মী অদূনা খূকউ খূদক কূন্দুনা খুরুম্লগা কৎকনি। অরৌবা মীনা লৌবা লোইরগসু অতৌবা মীনা খুরুমগনি, অরৌবনসু ওক্কনি। অসুম তৌনা পানা কৎপদসু কৎপা লোইরগা খুরুমগনি। য়াম্না হেন্না সন্মান তৌফম থোকপা মী ওইরগা দণ্ডবৎ তৌতুনা খুরুমগনি; ময়ায় ওইবা হন্থবা মী ওইরগা পঞ্চাঙ্গনা খুরুমগনি। বার্তোন ফংতুনা লাক্লিবা

মখৈদি য়ুম্বুনা পূজা তৌকম থোকপনা য়ুম্বুগী মহুৎশিন্দুনা থবক তৌবী-রিবা মী শিংনসু য়ুম্বুগা মান্ননা লৌতুনা খুরুম খাজংবা তৌবনি। লাক্লিবা মী পুম্নমক লাইমক্লি হায়না নিংনৈ।

অসুম্না লৈ-চন্দন্নচিংবনা স্বাগত তৌবা অসি অহানবদা ব্রাহ্মণ মকোক্কুগী হৌদুনা মকোক মথং নাইনা ব্রাহ্মণ মখৈ লোইরগা কোন্না ক্ষত্রিয়শিংদা মকোক মথং নাইনা অমুক তৌগনি। নিংথৌ য়াওরবদি অমা তোপ্পা শেম্লগা তোঙান্না কৎকনি। নিংথৌদা কৎপগী মওংদি মৈতৈ জগোই পার্ট ৩ শুবগী লমায় ১১৬, তা তাকখ্রে।

**গন্ধ-চন্দন—**

গন্ধ-চন্দনসু লৈচন্দনগুম্না শেম্লগা ধুপ থাউমৈদং হেনগৎপতনি। মসিদি সঙ্কীর্ত্তন হৌরমদাইদা, মরক্তা, লোইরমদাইদা সঙ্কীর্ত্তনগা মরী লৈনবতদা চঙ্‌গদবনি। অরৌবা ঈশৈ শকপা নত্রগা পুংয়ৈবনা লৈচন্দনগী মওংদা লৌরগা মশাদা চন্দন নমদ্রিঙৈদা পুং নত্রগা করতালদা চন্দন হান্না কৎলগা কোন্না মশানা লৌতুনা খুরুমগনি। অসুম্না মকোক মথং নাইনা পালাদা চঙ্‌বা লোইরুরগা মোইবুং খোংবসু তৌরগা অকোনবদা ভাবুক-তা তৌগনি। মথক্কী লৈচন্দনগী ক্রম অতু কায়রোই।

অসুম্না ফম্লিবা পালা পুম্নমক মান্নন৷ মকোক নোম্দুনা মখুৎ অনি লৈতাদুনা খুরুমগনি। পুং য়ৈবনা ঙক্তা পুং য়াল্লগনি, পালানা করতাল পায়রগনি। অসুম্না খুরুম্বা লোইরগা হৌগত্তুনা লেপ্লগা মাগুব মপুনা হৌগত্তুনা পালাগী ফাৎলিবা থোঙ্‌ অদুগী মখা থংবা ময়াদা পালাগী তুং ওইরপ্পা পালারোমদা ওনশিন্দুনা লেপ্লগা জয়ধ্বনি লাউগনি।

**জয়ধ্বনি—**

শ্রীমদ্রাধা-গোবিন্দ প্রীতি আনন্দে
বলহরিবোল হরিবোল॥
বলহ প্রভু নিত্যাই চৈতন্য অদ্বৈত
কহত সন্ত সাধো মধুরস বাণী হরে হরে॥

অস্থুন্না জয়ধ্বনি লাউরকপগী চৈতন্য নিত্যাই হেক হায়রকপদা পূংনা রাগ অচোবা য়ৈবা হৌরক্কনি। পূংলোন্দি—

**রাগ পূংলোন—**

"তিন তেন তা তাঁ S তাং"......অসিনচিংবা।

**মোইবুং—**

মতম অসিমক্তদা মোইবুংস্থু খোংগনি। মোইবুং মরোন্দি মৈতৈ জগোই পার্ট ২ গী লামায় ২৬১ দা য়েংউ। অস্থুন্না পূংগী রাগ য়ৈরকপদা "তেনতেন তেন"... ... হেক হায়বদা ঈশৈহনবা ওঝানা হরিধ্বনি লাউরক্কনি মাদুদি—

শ্রীকৃষ্ণ প্রীতি আনন্দে বল হরিবল হরিবল—

পালা অতৈনা "হরে হরে" হায়না খুম্নক্কনি.

অস্থুন্না ধ্রুমেল য়ৈবা লোইড্রিবা ফাওবা মাণ্ডব মপু অদু অত্থুম্মক লেপ্তুনা লৈথিগনি।

**দধিমঙ্গল—**

অস্থুন্না রাগ হৌগ্রবদা ব্রাহ্মণশিংনা দধি-মঙ্গলগী হৌনবী তৌরগনি। মসিদা য়াওগদবা ব্রাহ্মণ পুম্নমক ফৈজোম মপান চন্দবা শেংলগা গুঞ্জা য়েপখৎকনি, ফুরিৎ পুময়াৎ খুদাং লাউবী লীৎকনি, কোয়েৎ শলাই য়েৎকনি, ইন্নফিনা য়েৎকী শেগা ওন্থদুনা ইল্লগা ওয়গী লেংবান মথক্তা ফীজীন অনিমক হাইগৎকনি। দধিমঙ্গল য়াওগদবা ব্রাহ্মণ পুন্নমক ফিনা, পানানা চঙ্লকপদা বরিগনি। দধিমঙ্গলগী থবক তৌবা মতমদা ব্রাহ্মণশিংনা মখাগী ঈশৈ অসি শক্কনি—

**ঈশৈ—(ছাড়া)**

হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ
যাদবায় মাধবায় কেশবায় নমঃ॥ অসিনচিংবা।

## মসিগী ক্রম—

অহানবদা মাগুব ময়ায়দা মগুলী পূজাগী নোংচুপ্তা চঙ্‌লগা দেউতি অহুম্মক মৈ চুহুনা ফূঙ্গা নুংতুম শানা হায়বদি চিথেক অহুমদা (△) লেপ্পরগা মৈমতোন অহুম্মক পুনশিন্নরগা ব্রহ্মাণ অমনা মেক্রুক্ুচিংবা অদু মৈদা মখাদগী লংখত্তুনা কংকনি অমস্তুং হরিধ্বনি লাউরগা অতৈনা হরে হরে খুমগনি। অসি লোইরগা থোক্লক্তুনা কৌক্র থংবা চিথেক্তা অমুক অস্তুম তৌরগা মথং মথং চৌংখৈ, মৈরম মোইরাং লায়জিদস্তু তৌগনি। চংপা মতমদা দেউতি পায়বশিংনা মথক্কী ঈশৈ অতু শক্কনি। লোইরগা মাগুব ময়াইদা চঙ্‌তুনা অস্তুন্না দধি-মঙ্গলগী হৌনবী তৌপ্রি-ভৈদস্তু পালাগী থবক্তি লেপ্তুনা অহুম্মক চথগনি। মথক্তা (দধি-মঙ্গলগী মথক ফাওবা হায়রিবা) হায়রিবা অতুন্না হৌনবী মতুংইন্না রাগ অচৌবা হৌরগা মখাগী পূংলোন অসি য়ৈগনি মতুদি—

ছাড়া—

থ্র থ্র ... ... ... তং ধেন তধিন ঘিন্নথ্র ধেন
তর্তাঁ তাং তাং তাং।

পূংলোন অসি অকোনবগী য়ৈবা লোইরগা ক্রমেলগী হৌনবী "অস্তুরা" সঞ্চারগী পূংলোন তাহুনা মথং মথং য়ৈগনি।

হংগদবা—

অহানবদা অস্তুরা সঞ্চার মরি য়ৈরগা মথংদা সঞ্চার ১৪ শুনা য়ৈগনি। সঞ্চার ১৪ অসিগী অমমম য়ৈবা হেক হেক লোইবদা মাগুব মপুনা হরিধ্বনি অমুক অমুক লাউগনি। অহানবদা অস্তুরা য়ৈবগী মওং ক্রি। ক্রমতমক্ক ইবা মরম্না অগুবা পূংলোন্দি মসিদা ইত্রে। হেন্না চাবা পুংলোন থংনিঙ্‌বনা ওঝাশিংদা হংবীগদবনি।

**অনুৱা য়ৈবগী মওং—**

অহানবা অনুৱা নত্তনা অনুৱা অতৈ অহুম্মক্তি য়ৈত্রিথৈগী মমাঙ্দা মখাগী পূংলোন অসি অমূক অমূক য়ৈগনি মাহুদি—

**ৱাগ—**

S ত্রথ্র তেনতা থেন ধিন ত্রথ্র তিন্ন তাং—(৩)।

ত্রথ্র তেন তা থেন ধিন (৩)।

তাং খিং তাং খিং তৎতা খিৎতাং খিৎত তখিৎ

তত খিতা ঘিনত তাঘিন তত্তা ঘিনতা থেন

ধিন তাং তা তাং।

মসি হেক হেক লোইবগা মখাগী আবাহন অসি অমূক অমূক শমথদুনা য়ৈরগা মথংদা অনুৱা সঞ্চার হেক হেক য়ৈগনি মাহুদি—

**আবাহন—**

"তৎ তাং S তা থেন S ধৎ ধিন ঘিন ত্রথ্র

(মেনকূপ) অসিনচিংবা।

**১বা অনুৱা (মেনকূপ)—**

খিৎত্রথ্রধিন Sতেনতাং খিৎতা খিৎতা তেনতা তাং

**২বা অনুৱা—** খিৎত্রথ্র ধিন S তেনতাং তাঙা তাঙা তাঙাতাং

৩ " " Sখ্রথ্র তৎততাঁ গিন গিন তাতাঁ খিৎ-তা……

৪ " " খিতেন্তাতাঁ খিতেন্ততাঁ খিতেন্ততাঁ ঘিন

মাসিগী মথংদা সঞ্চার ১৪ য়ৈগনি। মাসিগী অমমম হৌরমদাইদসু মথক্তা তাকথ্রবা "ত্রথ্র তেনতা" হায়বা রাগ অদু অমূক অমূক য়ৈরগা মখাগী পূংলোন অসি হেক হেক তাহুনা য়ৈখিগনি মাহুদি—

তাংখিৎ তা থেন ধিনতাৎ তাংখিৎ তাংঘিন তাতেন (২)

তাঘিন ঘিনথেৎ তাংঘিন॥

য়েংদগবা—

মাসিগী মথংদা সঞ্চার খূদিংমক্কী মথক্তা মথাগী অসি অমুক অমুক য়ৈখিগনি মাছূদি—

গ্র গ্র গ্র গ্র গ্র গ্র তিনতা তিনতা থেনতাঁ ঘিনতা তেনতা তেনতা তাং তাং (৪)

মাসি ৪ রক হজিন্না য়ৈগনি, অকোনবগী লোইশিনবদদি মমৈগী "তাং" অসি অমতমক হায়গনি। মথংদা সঞ্চারগী পুংলোন য়েংউ—

১বা— গ্রগ্র তেনতা গ্রগ্র তেনতা গ্রগ্র তেনতা ॥২

২ " ঘিন তাঁ ঘিন্নগ্র তিন্ন গ্রগ্র তেনতা গ্রগ্র তেনতা
ঘিন্ন গ্রগ্র ঘিস্তাং— অসিনচিংবা।

৩ " তাতি ন্নগ্র তাতি ন্নগ্র তাতি ন্নগ্র ধং ধেন—

৪ " গ্রগ্র ঘিন ঘিন তাঁতা ঘিন ঘিন তাঁতা ঘিন ঘিন তাঁতা ঘিনগ্রগ্র...

৫ " গ্রগ্র তাংঘিন থেং তাংঘিন থেং তাঘিন থেং ধে

৬ " খিত্র ঘিন খিত্র ঘিন খিত্র ঘিনতাঁ ঘিন

৭ " তাঙ তং তাঙ তং তাঙ তং ধেন—

৮ " খিংতা খিংতা খিংতা খিংতা খিংতা খিংতা ঘিন

৯ " খিতেন তাতাঁ খিতেন তাতাঁ খিতেন তাতাঁ ঘিন

১০ " খ্র খ্র তাঁইন ঘিন্তা তাঁইন ঘিন্তা তাঁইন ঘিন্তা ঘিন

১১ " তেন্তা তাঁখিং তেন্তা তাঁখিং তেন্তা তাঁখিং তাং

১২ " ঘ্র ঘ্র ঘিন্তা ঘ্র ঘ্র ঘিন্তা ঘ্র ঘ্র ঘিন্তা ঘিন

১৩ " তাং তাতি স্তগ্র তাং তাতি স্তাতাঁ খিত্য তাং

১৪ " খিং তাতে স্তাগ্র তাং খিত্তাতে স্তাতাঁ খিতা তাং

য়েংগদবা—

মথক্কী সঞ্চার ১৪ অসিগী অমমম য়ৈবা লোইরগা অরোইবা খূদিংগী মাওব মপুনা মথাগী জয়ধ্বনি অসি মথং মনাউ কায়দনা লাউগনি॥

পালানা অরোইবদা লাউবা খূদিংগী "হরে হরে" হায়না খুমগনি জয়ধ্বনিগী মওঙ মখাদা ইরি—

জয়ধ্বনি—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভু | প্রীতি | আনন্দে | হরিবোল | হরিবোল | |
| ২। শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু | " | " | " | " | |
| ৩। শ্রীঅদ্বৈত | " | " | " | " | " |
| ৪। শ্রীগদাধর | " | " | " | " | " |
| ৫। শ্রীবাস পণ্ডিত— | " | " | " | " | |
| ৬। শ্রীদ্বাদশ গোপাল— | " | " | " | " | |
| ৭। শ্রীঅষ্ট মহান্ত— | " | " | " | " | |
| ৮। শ্রীছয় গোস্বামী — | " | " | " | " | |
| ৯। শ্রীচৌষট্টী মহান্ত | " | " | " | " | |
| ১০। শ্রীগৌরভক্ত বৃন্দ | " | " | " | " | |
| ১১। শ্রীসাত সম্প্রদায় | " | " | " | " | |
| ১২। শ্রীচৌদ্দ মাদল | " | " | " | " | |
| ১৩। শ্রীসমস্ত গৌরভক্ত বৃন্দ | " | " | " | " | |
| ১৪। শ্রীমদ্রাধা গোবিন্দ | " | " | " | " | |

চৎনা লৈবা—

মতুং অসিদা ক্রমেলগী মেল তারগা পালা পুন্নমক চোলোম তৌদুনা য়েংওইননা চৎনা চৎনা লৈবা হোগনি। মসিগী পুংলোন্দি—

তাং তা S

তাং S S S । খিং ত্র ত্র

ধিন S থেই S । ধিন থেই S

ধিন S থেই S । ধিন থেই S অসিনচিংবা।

## লাইরেন মথেক—

অস্মুন্না য়েৎওইনা চৎলকপনা হান্নগী মফম য়োৗরক্লবদা অমুকস্ন লৈরগা লেপকনি। অস্মুন্না লৈরগা লেপ্পা অসি অধিবাসকিদনি, বিজয়-দদি ফমগনি। অস্মুন্না পালা লেপলিঙৈদা ঈশৈ য়াওদনা মেনকুপ য়েদূনা পুংয়েবন্তনা লাইরেন মথেক চৎকনি—পরেং অনিমক তোপ্পা তোপ্পা চৎনগনি, পূনশিন্নরোই। পালাদি মফম লেঙলোই। বংদেশকি ঞ্রুমেল ওইরবদি লাইরেন মথেক অসি মপান থোক্লা (পালাগী য়াংমদা মাগুব ময়োনগী উখোং ময়া ময়াদা চত্তুনা) চৎকনি, অনৌবা নটকিদি তৌরোই।

## গুরুঘাট—

মওঙ অস্মুন্না মেল লোইনা য়েরবদা "গুরুঘাট" তাদূনা য়েবা লোইরগা পুংয়েবস্নূ পালাস্নূ পুন্নমক ফমদূনা পঞ্চাঙ্গনা খুরুম্নগা হৌগত্তুনা রাগ অচৌবগী মখাদ্দা তাবা হৌনবা পুংলোন য়েগনি। বিজয়দদি মসি নিত্যাই·পদ তারগা মহাঞ্রুমেলগী হৌনবী শমথখিগদবনি।

হৌগৎলগা য়েগদবা পুংলোন—

ছাড়া—

ঘর ঘর ঘিনত ঘিনত ঘিনত ঘিনত ঘিন।
তেন তেন তেন তেই তাঁ তাং তা তা
খিংতা খরখর তেনতা তাঁ তাং তাং তাং
,, ,, ,, ,, তাং
খিং তা তাঁ খিং তেইন তা তাঁ
খিং তেন তা ধে ইন তা
ঘর ঘর ধেন তা ধেন তা থেইন তা ধেন তা থেইন—
ধ ধেন তা তাঁ খ্রখ্র তেইন তাঁ তা খিং তেইন
তা তাঁ খিং তেইন তাঁ ধেন……

মতাং অসি য়োরগা পুংয়ৈবনা ঈশৈ হনবদা ইঙ্গিৎ তৌদূনা তাক্কনি, ঈশৈ হনবনা ঈশৈগী রাগ হৌগনি। অস্মুন্না ঈশৈগী রাগ পঞ্চম লোইর-বদা মখাগী পুংলোন অসি য়ৈদূনা খায়গনি। মত্বদি—

তানখায়—

ঘর ঘর ধেনতা ঘিনতাঁ ঘিনতা ধেনতা
ঘিনতাঁ ঘিনতাঁ ধেই (২)॥
খর খর তৎখিৎ তাংখিৎ তাত খিৎতা
ধিন খর খর ধিন খর খর ধেনতা ধেই S তাঁ॥

য়েংগদবা—

মসি লোইরগা ঈশৈ রাগগী দীর্ঘ তারগনি, মখাগী অসি য়ৈগনি—

দীর্ঘ—

তেন তা থেন তা থেইন S তাঁ S
" " " " " " " "
" " " " " " " "
থেইন S তা S থেইন S তা S তা অসিনচিংবা।

অস্মুন্না দীর্ঘ লোইরগা ঈশৈ লেপ্লূনা মখাগী সঞ্চার লোইনবা য়ৈগনি। মসিবু ওঝাশিংনা ছোট-সঞ্চার হায়নস্সু খঙনৈ।

১বা সঞ্চার—

তেনত্র খরতাং তাক ঘিনতা থেইন ধিনতা
" " " " " "
" " " " " ধিন্
থেনতা খিৎতা থেনতা খিৎতা থেনতা খিৎতা
তেনতা তেন্ তাতা॥

য়েংগদবা—

মথক্কী অসি মপুম ঙানা লোইনবা অনিরক অমূকস্থ হন্না চপ মান্নবা হনজিনগনি। অসুম্না অনিরক হনজিন্দুনা য়ৈবা লোইরবদা মথাগী অসি শমথগনি মাদুদি—

থেনতা খিংতা থেনতা খিংতা থেনতা খিংতা তেনতা তেন তাঁ ॥

(অনিরক হন্না য়ৈগনি মথংদা মথাগী অসি হজিনগনি)।—

খিং ত্রখর তেনতা তেনতাঁ খিং ত্রখর তেনতা তাং

খিং তাঁ তেনত্র থ্রতেন তাক ঘিনতাঁ থেইন

ধিনতা ,, ,, ,, ,, ,,

,, ,, ,, ,, ,, ,,

ধিন থেনতা খিংতা থেনতা খিংতা থেনতা খিংতা

তেন তা তেন তাঁ ॥

খিং ত্রথ্র তেনতা তাং তা থেইন—

তাঁ ঘিন ঘর ঘর ধিন ধেন ঘর ঘর ধেন তাং তা

থেইন S তা S তাঁ S থেইন S তা S......

য়েংগদবা—

পুংলোন অসি অথুবা চাংচত্তা য়ৈরগা অকোনবা লাইন অসিনা চিংথরপ তোনা হায়বদি ছাড়াগী ভাবতা লৈগনি। অসুম্না অহানবদা সঞ্চার অসি য়ৈবা লোইরগা পালানা খোঙ থাংবা হৌদুনা ঈশৈ দীর্ঘ অমূক হজিনগনি, মতুদা মথাগী পুংলোন অসি য়ৈগনি—

একতাল—

Sতা থেনতা ঘিনতা ঘিন্নত্র ঘিনতা থেইন তা ঘিন তাং ॥

য়েংগদবা—

মাসি ঈশৈগী রাগনা শাংলবদি হজিন হজিন য়ৈগনি, অরেপ্পা লৈতে। মসি লোইরগা ঈশৈ য়াওদনা মথাগী ২বা সঞ্চার অসি অমূক য়ৈগনি মাদুদি—

**২বা সঞ্চার—**

(ঘর ঘর) ধিন থেনতা থেনতা খিৎতা তাঁগিন... অসিনচিংবা।

**৩বা সঞ্চার—**

ঘিন তেনতা তেন তা তেনতা তেন তা তেনতা তেন তাঁ অসিনচিংবা।

**৪বা সঞ্চার—**

তাথেন তাথেন তাঁ S তা তা তা তাং তাখিৎ... অসিনচিংবা।

**(বড় সঞ্চার)—**

৪বা বড়-সঞ্চার অসি নত্তনা অতৈ সঞ্চার পুন্নমক্কী অরোইবদা ঈশৈগী দীর্ঘ অমূক অমূক হঞ্জিনগনি। অমস্থুং দীর্ঘ হঞ্জিনবা খুদিংগী মথক্কী "Sতা থেন্তা" হায়বা একতাল অসি অমূক অমুক য়ৈগনি। পালা চোলোমস্থু করতালস্থু চপ মান্নগনি। ৪শুবা বড় সঞ্চার অসি য়ৈবা লোইবদনা "গৌরচন্দ্র-মেল" নত্রগা আবহন য়ৈগনি। চোলোনাদ হান্নগী একতাল অত্থদা অত্থম্মক লৈগনি। ঈশৈদি—

"জয় জয় শ্রীশচী নন্দন গৌরাঙ্গ হে" অসিনচিংবা—

গৌরচন্দ্র মেল অসিদা য়ৈগদবা পুংদি—

"তাথেন Sতাং খিৎতা তাঁ" অসিনচিংবা—

**কার্ত্তিক সঞ্চার—**

অস্থুন্না গৌরচন্দ্র-মেলগী হোনবী য়ৈবা লোইরগা পুংয়ৈবা মকোক চৎপনা (অৱাং থংবা পরেংগী নোংচুপ থংবনা) কার্ত্তিক-সঞ্চার য়ৈবা হোৱগা ময়ামস্থু ইন্দুনা য়ৈমিন্নগনি মাদুদি—

"ধিন থ্র থ্র তেন তাং তেনতা তাখিৎ তাং... ..." অসিনচিংবা।

## উপরি-সঞ্চার –

অসুম্না পুংয়েবা মকোক্না হৌদোক্তুনা কার্ত্তিক সঞ্চার পৌরা অমা য়েবা ল্যোইরগা পুং মথংনা হায়বদি মখা থংবা পরে-গী মকোক চংপনা (নোংপোক থংবা) মশাগী মরম্নাই সঞ্চার অমা য়েগনি। মশানা পৌরা অমা হান্না য়েরগা অতৈ পুন্নমক য়েবা য়াওগনি। অসুম্না মান্নবা মওংদা সঞ্চার অমমম য়েনবা অসি লোইরগা ময়াম পুন্না ঙসাই পুং মকোক্না য়েখিবা কার্ত্তিক সঞ্চার "ধিন ধ্রধ্র তেন তাং তেন্তা তাখিৎ তাং" হায়বা অতু অমুক হঞ্জিন্দুনা য়েগনি। সঞ্চার অমমম য়েনবা অসিবু ওঝাশিংনা "উপরি-সঞ্চার" হায়না কৌই। উপরি-সঞ্চার অসি য়েবদা মী অমগা অমগা মরোল তিন্নবা য়াদে, তোঙান্নবা পুংলোন ওইগদবনি। মথক্তা হান্না য়েগ্রবা অনুরা-সঞ্চার ৪, ক্রমেল-সঞ্চার ১৪ অমসুং রাগ অচৌবগী ছোট-সঞ্চার ৪ পুন্না সঞ্চার ২২ অতুগা হন্দক য়েরক্দৌরিবা উপরি-সঞ্চারশিং অসিগসু অমত্তা মান্নরোই, অতোপ্পা মখলগী ওইগদবনি। অতুম্নদি ওইরগা তালদি চপ মান্নগদবনি। পালা পুন্নমকস হান্নগী মওঙদা অতুম্মক লেপ্তুনা ঈশৈ য়াওদনা করতাল খিঙদুনা লৈগনি।

## রাগ-ঘর—

মসিগী মথংদা ঈশৈনা রাগগী ঘর হঞ্জিনগনি। ঘর হঞ্জিনবা লোই-রগা মথাগী পুং অসি য়েগনি, করতালসু থাগনি, চোলোম য়াওদে। পুংলোন্দি— ধেন তা তাং ধিন ধিনধ্রধ্র ধেন তা তাং "অসিন-চিংবা অসি" চতুরস্র-জাতি একতালদা য়েগনি।

## গুরু-বন্দনা সভা-বন্দনা—

মসি লোইরগা ঈশৈ শকপা মকোক্না গুরু-বন্দনা, সভা-বন্দনা, তৌগনি। অসি তৌরিঙৈদা পুংসু করতালসু লেপকনি, পালাসু মখুৎ অনিনা থজিন খপাদা করতাল পাইরগা চপ লেপ্তুনা লৈগনি।

## গৌরপদ—

গুরু-বন্দনা, সভা-বন্দনা তৌবা লোইরগা ঈশৈ হনবা মকোক অহুনা গৌরপদ অমা তাহুনা অহানবা হৌখিবা রাগ অহুগা চান্নবা ছন্দদা শক্কনি, পুংস্সু মহুগী মতুং ইন্না য়ৈগনি, করতাল খিঙগনি। গৌরপদ অসি অহানবা পদ অমা ঈশৈ হনবা অতৈ অমস্তুং খোম্বাংবনা ইন্দুনা শক্লন্নগা পুং-য়ৈবশিংগা লোয়ননা পঞ্চাঙ্গনা খুরুম্নগা ফমথখিগনি। তুহারনচিংবা পালানা পদ অহুমা খুমহুনা শকপা লোইরবদা কোন্না ফমথগনি। অসুম্না ফমলিঙৈদা গৌরপদ অহু লোইনবা শক্কনি। ফম্ফমদি পার্ট ৩ গী লামায় ৮৮ দা য়েংবীউ।

## বেড়ি-ঘাট—

অসুম্না গৌরপদ শকপা লোইরগা মেলগী ঈশৈ তারগনি। মসিগীসু অহানবা পদ অমা ঈশৈ হনবগা তুহাররোমগা অরায়-অথুম শক্লবা লোইরগা পঞ্চাঙ্গনা খুরুমদুনা সম্প্রদায় পুন্নমক হৌগত্তুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা, পুং য়ৈনা য়ৈনা ওয়রোমদা মায় ওস্মোক্তুনা চৎপা হৌগনি। অস্মুন্না কোয়বা খুৎকোয় অসিবু "বেড়ি-ঘাট" কৌই।

অসুম্না কোয়বদা তুহারনচিংবা পালানা মশাগী হান্নগী মফম য়ৌরক্তিঙৈদা হান্ননা মশা মশাগী খুৎকোয় থুংলবা ঈশৈ হনবশিংনা পুং য়ৈবা পুন্নমকপু খুরুমগনি। অস্মুম তৌরিঙৈদা মশাগী মফমদা য়ৌরক্লবা তুহারবুস্সু ঈশৈ হনবনা খুরুমগনি। খুরুম্নবা অসি খুরুম্লিবস্সু অওকপস্সু দণ্ডবৎ তৌনগনি। অহানবা বেড়ি-ঘাট নত্তুনা অতৈ মতুংদা লাকপা খুৎকোয়দি য়েংগইননা কোয়গদবা ঙাক্তনি। অসুম্না খুরুম্নবা লোইরগা ঈশৈ হনবশিংনা মাগী মাগী হান্নগী মফমদা মফম চানা লৈপ্রবদা সম্প্রদায় পুন্নমক চপ মান্নানা অমুক ফমদুনা পঞ্চাঙ্গনা খুরুম্নগনি।

## লম্বী-ঘাট—

হৌগৎলগা ঙসাইমখৈ শক্লক্লিবা মেল অহু অহুম্মক শক্লগা ঘাট খায়রগনি। ঘাট খায়বা মতমদদি পুং য়ৈবস্সু ঈশৈ হনবস্সু, তুহারনচিংবা পালা পুন্নমকস্সু চপ মান্নগনি।

ঘাটকী পুংলোন—

ঘিন না গ্র ।
ধেন S তা S । তাং তা S ।
তাং S S S । ঘিন না গ্র অসিনচিংবা ।

মসিগী ঘাট অসিবু "লক্ষ্মী-ঘাট" হায়না কৌই। অসিগুম্বা ঘাট খায়বা অসি হান্নগী মেল অতুগী তাল মশাদা অতুম্মক তৌগদবনি।

## মেলবুঙ ১সুং বেড়ি ঘাট—

মথংদা মেলগী মশা অতুদা অতুম্মক "মেলবুঙ" য়ৈদনা ঈশৈ শক্লা শক্লা য়েংওইননা থুংনা অমূক কোয়গনি। অসুম তৌনা হান্নগী মকম যৌরক্লবা পুন্নমক্লা কোয়বা অসিবু "বেড়ি কোয়বা নত্রগা বেড়ি-ঘাট" হায়না খংনৈ। অসুম্না কোয়রকপদা মশাগী মকম মকম য়ৌনরবদা হান্নগী মেলবুঙদা অতুম্মক চোলোম তৌবা হৌগনি, মতুংদা মায় ওন-শিন্নগনি। মেলবুঙ—

গিন ন গর ।
ধিন S ধিন S । ধেন খি তা ।
ধিন S তাং S । S তা S ।
তা S তা S । ধেন তা S ।
তা S তাং S । ঘি ন গ্র । অসিনচিংবা ।

## সেতু ঘাট—

মসিগী মথংদা সেতু ঘাট তাগনি। সেতু ঘাট অসিদসু অনৌবা তাল অমা হোংগদবা নত্তে। অহানবগী তাল অতুদা অতুম্মক কূপথ-রক্কদবতনি। মতুদি—

\+ থর থর S।

তেন তা খিং তা। তাং S S।

তা S তা S। তাং S S......

অসিনচিংবা য়ৈহুনা থায়গনি। মথংদা রাজমেলগী অলঙ্কার লৈবিবা মখৈ হাপচিনবা য়াই। মথংদা মেল থাগনি—

**তানচপ মেনকুপ—**

থাবগী পুংলোন অসিদি চপ মান্নগনি। মথংদা "তানচপ" তাল য়ৈগনি। তানচপকী মথংদা মেনকুপ তারগা থাগনি। থাবগী পুংলোন—

"ঘিন্ন ধেন Sধন্ন ঘিন্ন ধেই Sধন্ন ঘিন্ন ধেই

Sধন্ন ঘিন তাং তাং S ...........অসিনচিংবা।

(মেনকুপকী অথাবা অসিদি অতোপ্পা পুংলোনসু তৌনৈ)

**মহাক্রমেল লোইবা—**

মসিদগীদি সম্প্রদায় পুন্নমক পঞ্চাঙ্গনা খুরুম্নরগা হৌগত্তুনা অহানবা শৈফম শরুদবা পালাগী পুং-য়ৈবা অনি, ঈশৈহনবা, হুহারনচিংবা পালা নত্তনা অতৈ পুন্নমক্তি মপাল থোকপ্রগনি। মতাং অসিদা অধিবাস মহাক্রমেল লোইরে।

---

## অহোরাত্র কীর্ত্তনগী মশক।

অহানবা শৈফম তাবা পালা অতুদি মথক্তা হান্নবা রাগ অচৌবা হৌখিবদগী শমথরকপনিনা মশাগী তোঙানবা রাগ অমা হৌররোই। মানা শরুদবা ঈশৈ অতুগী চান্নবা রাগ অমদি হৌগনি।

মথংদা শিল্লগদবা পালাদি পুংগী রাগ মচা হৌগনি, তোঙানবা ঈশৈগী রাগ মচা হৌগনি. সঞ্চার অমা য়ৈরগা শরুদবা ঈশৈ শরুনি।

অস্থুন্না পালানা শিল্লোন শিঞ্জিন তৌত্বনা শক্লবসি হুমিদাংদা শৈশক মরি, থংনবা মতুংগী হুমিত্তা (বিজয় হুমিত্তা) অমুক শৈশক পালা মরি, পূন্না হুমিৎ নিনিদা শৈফম নিপাল শক্লগা বিজয় তৌগনি। মসি অহোরাত্র কোন্ননবা শেমখিবা নিয়ন্নি। তোঙান তোঙানবা পালা পূল্লবস্থ শৈশক অমদি মতম কোন্নহল্লগা লোইরে।

## বিজয়—

বিজয়গী মতমদস্থ মথক্কী অধিবাসকী মহাঞ্রুমেল অসি অমুক মওং চপ মান্ননা হঞ্জিন্দুনা তৌগনি। বিজয় মহাঞ্রুমেল লোইরবদা মাগুব মপুনা নাম থিনগৎকনি। নাম থিনগৎপা হায়বদি নাম বিসর্জ্জনা তৌবনি। নাম থিনগৎপগী হৌনবী লোইরগা মাগুব মপুনা "হরিবোল হরিবোল" হায়না অমুক লাউবদা পালানা "হরে হরে" হায়না খুন্নগা খুরুমহুনা থোক্লরক্কনি।

---

# বিজয় মহাক্রুমেল

নিপান শুবা শৈফম্না অরোইবদা মখাগী পুংলোন অসিদা মেনকূপ থাগনি মত্বুদি—

ধিন্নধে Sধন্ন ঘিন্নধা Sধন্ন ঘিন্নধা Sধন্ন ঘিন তাং তাং···

অসিনচিংবা অসি য়েত্বুনা থারগা মহাক্রুমেল তাগনি।

বিজয় মহাক্রুমেল অসি ভরাংগী অহিং চুপ্পা শৈফম মথং মথং ওললক্তুনা শৈফম ৮ শকপা লোইরবদা—অধিবাসকি ক্রুমেল হৌগৎলকপদা তৌখিবা মণ্ডঙ অত্বুগা মান্ননা পালা পূন্নমক, পুং-য়েবা পুন্নমক য়াওনা, অধিবাসকা মান্ননা পুং-য়েবা, ঈশৈহনবা, তুহার, খোম্বাংবা, পালা, মোইবুং খোংবা, মাণ্ডব মপূ পুন্নমকপু অমুক হন্না লৈচন্দন্নচিংবা চঙত্বুনা ফিনা বরিগনি মথংদা হৌগত্তুনা হান্নগা মান্ননা রাগ অচোবা হৌগনি। বিজয় অসিদদি রাগ হৌরমদাইদা মাণ্ডব মপুনা জয়ধ্বনি লাউররোই। অত্বুগা সঞ্চার ১৪ য়েবা মতমদদি হান্নগুম্না অতুম্মক সঞ্চার খুদিংগী লাউগনি।

অসুম্না রাগ হৌগ্রবদা ব্রাহ্মণশিংনা দধি-মঙ্গল অমুক তৌগনি।

মতৌ অসুম তৌনা রাগ অচৌবা য়েরগা হান্নগী মণ্ডঙ কায়দনা মহাক্রুমেল অমুক তাগনি।

অসুম্না য়ৈরকপনা মহাক্রমেলগী "মেল" তাগনি। মতু অহুন অহুম্নক শুরগা "আখর" হাপকনি, মসিবু "পুংলোন" কৌই। "আখর" অহুম হাপ্লগা—৯ লক শুনা মপূম য়ৈগ্রগা ১০ রক শুরকপদা পালা পুম্নমক ফমথগনি। অসুম্না আখর পুম্নমক শুনা য়ৈগনি। অসুম্না পালা পুম্নমক্না ফম্নিডৈদা পুং-য়ৈবনা পুম্না ভাইহাক চোলোম তৌনগনি। মথংদা ক্রমেলগী মেনকুপ তারগনি।

মেনকুপ—(জগোই) "তেনতা খিংতা তেনতাং......" অসিনচিংবা।

মতম অসিদা পুং-য়ৈবনা লাইরেন মথেক্লচিংবা তৌনগনি, লোইরগা খা-ন্নাংগী পুং-য়ৈবা পুম্নমক খর হন্দোক্লভুনা ফমথ্রবদা ঈশৈ-হনবদগী হৌত্নুনা তুহার বাইন পুম্নমক মরুপ মরুপ জগোই শাগনি।

গুরু-ঘাট—

অতুগী মতুংদা সম্প্রদায় পুম্নমক মখাগী পুংলোন অসিদা হৌগৎকনি।

"Sতথ্র তেনতা খিংতৎ Sখিং তাং খিং তাং।" অসিনচিংবা মথংদা গুরু-ঘাট তাগনি—

"Sঘিন্নথ্র ধেনতা থেন ঘিন্না তেনতা তেনতা তাং"

হায়বা অতুদগী হৌত্নুনা "ঘিন্না তেনতা খিংতা ঘিন ঘিন তাং—" হায়বা পুংলোন অদু ফাওবা অহানবগী অধিবাসকা মান্নগনি।

মতুংদা "থ্র থ্র তাং তাং তাং তাদ্ধে" হায়বসি তারগা মতুংদা অরোইবা পুংলোন তাগনি। মথংদা মখাগী পুংলোন অসিদা পালা পুম্নমক করতাল মরোল হাপ্তুনা চোলোম তৌগনি মতুদি—

"ঘর ঘর S। ঘিন S ঘিন S। তাঁ ঘিন S।
থেন S তাঁ S। ঘিন তা S। তেন S তা S।
তেন তা S। তাং S S S। ঘি ন্না থ্র

অসিনচিংবা।

মথংদা "জয়-ভাই চৈতন্য নিত্যাই" হায়বসি মখাগী পুংলোন্দা তাগনি মহুদি—

"থেৎ ধে তিন তেন তৎ তাঁ S তাং —" অসিনচিংবা।

মসিদা থাবা লোইরগা মাগুব মপুনা নাম থিনগৎকনি। লোইরগা সঙ্কীর্ত্তণ লোইবগী হৌনবী তৌগনি। লামায় ২১ দা য়েংউ।

অসুম্না লোইরবদা ঈশৈহনবনচিংবনা লাই অমস্থং মাগুব মপুনচিংবা ভাবুকপু থুরুমগনি।

মহাক্রমেলগী হৌনবী লোইরে।

# গৌরক্রমেল

মসি ৺নরসিংহ মহারাজ সনা হাক্তক্তা মহাক্রমেলগী মত লৌদূনা য়ুম্নাম ওঝা যত্নাথনা লুচিংদূনা শেমখিবনি। মসি কোর্ব্বেক্তা ইরি।

অহানবদা রাগ অচৌবা হৌরগা গুরু-ঘাট তাদ্রিবৈদা মহাক্রমেলদা তৌখিবগা মান্ননা অমুরা সঞ্চার য়ৈগনি; গৌরক্রমেলদদি অমুরা সঞ্চার ২ দমক য়ৈগনি।

অহানবা অমুরা—

গ্রগ্র থেনতা তাঁ থেন তা তাঁ খিতা থেনতা থেন তা।

মসি লোইরগা অনি শুবা অমুরা সঞ্চার য়ৈরকপদদি—রাগ মচাগী মকোক অহুনা সঞ্চারগী রাহৌদোক ওইনা য়ৈগনি মহুদি—

"ত্রগ্র তেনতা থেন ধিন ত্রগ্র তিন্নতাং" হায়র্বসি শুনবা অমুক য়ৈরম্লগা অনিশুবা অমুরা সঞ্চার তাগনি মহুদি—

অনিশুবা অমুরা—

মেনকুপ—তাঁ খিৎ Sধেন তাঁখিৎ Sধেন তা ........অসিনচিংবা।

অনিশুবা অনুরা য়ৈবা লোইরগা সঞ্চার ১৪ লোথদুনা হৌনবী কা য়দনা মহাক্রমেলগা মান্নরা য়ৈগনি। সঞ্চার থুদিংগী জয়ধ্বনি লাউ-গনি। সঞ্চার থুদিংগী য়ৈরমদাইদা "ত্রথ্র তেনতা থেন ধিন ত্রথ্র তেনতা তাং" হায়বসি পুংলোন শুনা অমুক অমুক য়ৈগনি।

\+
১বা সঞ্চার--গ্রগ্র) ঘিনতাঁ Sঘিন্নং Sঘিনতা থেন তাঘিন ততঘিন্তা·
অসিনচিংবা।

লোইরগা জয়ধ্বনি লাউগনি।

\+
২ " " "গ্রগ্র) ধিন্ন তেন্না তাং তেনতা তাঁ তাঘিন তাং তাগ্র· গ্রাং
অসিনচিংবা।

৩ " " "তাং ততং Sততাঁ তাং, তাখিতত খিংতা থেন"
অসিনচিংবা।

৪ " " "থেন্ন-তং Sনতং তাতিনততাঁ খিং·ঘিন তেনতাঁ
অসিনচিংবা

\+
৫ " " "গ্রক) তাতিনন্তাতাঁ খিতাথেন তাঘিন-তা ঘিন্তাতেন্তা
খিংতা তেন তা তাঁ অসিনচিংবা।

৬ " " তেনতা তাঁ গিন ঘিনত খিততাঁ ঘিনাং (মসি ছাড়া চংই)

৭ " " Sত্রথ্র তা তেন্ন তেন্ন তেন্ন তাকঘিন.........

৮ " " ত্রথ্র) তিন্ন তেন্ন তাং তেন্ন তাং তেন্ন তাঁ তখি তং-তাঘিন

৯ " " Sঘিন্নভ্র) ধিন থেনতা তাঁ ঘিন্নতা থেনতা তাথেন
Sতাথেন তাঁ ........

১০ " " থেন ত্রথ্র তাকঘিন ঘিনতা তাঁ তেনতা তাঁঘিন ঘিন্তা
অসিনচিংবা।

মেল—

মসিগী সঞ্চার অসি লোইরগা জয়ধ্বনি লাউজিন্ত্রিবৈদা মেল তাগনি। সম্প্রদায় পুন্নমকসু চোলোম তৌদুনা য়েংওইননা অমুক্তং থুংননবা কোয়গনি। মদুগী পুংলোন্দি—(আখর)

গিন ন্না গ্র।

ঘিন S থেং S। তা ঘিন S।
তা ঘিন ত্র গ্র। তেন তাং S।
খিং S তা S। তা ঘিন S।
তাং S S S। ঘিন না ঘ্র। অসিনচিংবা।

মসি কোয়বা থুংদ্রিবা ফাওবা হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈগনি অমসুং মসিগী পুংলোন অসি য়ৈনা য়ৈনা পালা পুন্নমক চপ মান্ননা ফমগনি, পুং-য়ৈবসু পালাগা ফম্থিন্নরুরগা হোৌগত্তুনা পুং মথৈ পুন্না চোলোম তৌমিন্নগনি। পুংলোন্দি—

+
(ঘিন্নগ্র) ঘিন থেং তাব ঘিন তাং ঘিন্ন গ্র তিনতাং খিংতা
তাকঘিন তাং—অসিনচিংবা—

অসি হায়রগা আখর হাপ্তুনা পুং চোলোম তৌগনি। মাসুন্না মেল তাবা লোইরগা মাণ্ডব মপুনা জয়ধ্বনি লাউগনি।

+
১১বা সঞ্চার—ত্রগ্র ঘিন্ন তেন্ন তেন্নতাং S তন তা তাঁ খিং-তাঁ S তাং-
অসিনচিংবা।

মসি লোইরগা জয়ধ্বনি লাউগনি।

+
১২ " " "ঘিন্ন গ্র) ঘিন Sধেনতা খিতা তাঁ Sধেনতা খিতা তাঁ
Sধেন তা তাঁ"............

মেনকূপ—মসি লোইরগা মেনকূপ তাগনি মত্তদি—

ঘিন্নগ্র) ধিন ঘিন Sঘিন ঘিনত তেন্তা খিতা তেনন্তা তাঁ
অসিনচিংবা।

আথর—

মথক্কী পুংলোন মপুং অসি য়ৈবগা মথংদা আথর ৭ থক তোঙান তোঙানবা পুংলোন্দা য়ৈগনি। আথর অমা য়ৈবা লোইরগা মথংগী অমা লোথরমদাইদা মথক্কী "ঘিন্নগ্র ঘিন ঘিন Sঘিন ঘিনতা তেনতা খিতা" অসিনচিংবা অসি অমুক অমুক মওঙ কায়দনা য়ৈখিগনি। অস্তুম্না আথর ৭ য়ৈবা লোইরগা হান্নগী মপুং অসি তাহ্নুনা পুং চোলোম লোইশিনগনি। অস্তুম্না লোইরগা ১২ শুবা জয়ধ্বনি লাউগনি। পালাদি অতুম্মক ফমত্নুনা লৈগনি। মথংগী ১৩ শুবা সঞ্চার য়ৈবমদাইদতা পালা হৌগৎকনি।

+

১৩বা সঞ্চার—Sত্রগ্র) ঘিন্নতাং ততাং তিন্তা তাঁ। ধেন তিন্তা তাঁ। ধেন
১৪ " " গ্রগ্র) ঘিনতত ঘিন্তাং Sতাখিতত খিতাং S তাঘিনাং-

মতাং অসিদা জয়ধ্বনি লাউরগা মথাগী পুংলোন অসিদা সঞ্চার লোইশিনগনি মত্থদি—

ছাড়া—তা ঘিন খব খব খব খব খব খর
ঘব ঘব ঘর ঘর ঘব ঘর ধেন
গ্র গ্র তাংঘিন থেৎতা ঘিনত থেন
তাঘিন থেৎ ধেহ্ৰ।

গুরুঘাট—

মসি য়ৈবা লোইবগা গুরুঘাট তাগনি। মত্থদি—

"গ্রগ্র ধেন তা থেন ঘিনত তেন তা তেন তা তাং" অসিনচিংবনা হৌবগা "ত্রগ্র তেন তেন তাতাঁ। ঘিন্নগ্র ধিন" হায়বদা লোইশিনগনি। মসিদা অধিবাসকী গৌবক্রমেল লোইরে।

অসুন্না গুরুঘাট অসি লোইরগা পুং-য়ৈবসু য়াওনা সম্প্রদায় পুন্নমক পঞ্চাঙ্গনা খুরুম্লগা হৌগত্তুনা লোইদ্রিবা রাগগী মথাঙ লৌথরক্কনি মন্থুদি—

ছাড়া—ঘিন্নগ্র ঘিন্তাঁ। ঘিন্তাঁ। ঘিন্তাঁ। ঘিন্তাঁ। ঘিন

তেন তেন তেন তেন তেন তেন তাঁ। তাং তাং তাং—

অসিনচিংবা য়ৈরগা মমৈগী "তেনতাঁ। তেনতাঁ। তাং" হায়বসি য়ৈরক্লবদা পুং-য়ৈবনা ঈশৈ হনবদা ইঙ্গিৎ তৌরগা ঈশৈহনবনা ঈশৈগী রাগ হৌগনি। অসুন্না রাগগী দীর্ঘ হায়বদি ঈশৈগী রাগগী পঞ্চম লোইরগা মথংদা অথায়বা পুংলোন য়ৈগনি মন্থুদি—

"গ্রগ্র) ধেনতা ধিনতাঁ। ধিনতা ধেনতা ঘিনতাঁ। ঘিন্ন ধে" (২)

অসিনচিংবা।

মথংদা রাগগী হৌনবী লোইনবা য়ৈরগা কার্ত্তিক-সঞ্চার তাগনি। মহাক্রুমেলগী মতমদা মতাং অসি তাকখ্রে, চপ মান্নগনি। হায়বদি মহাক্রুমেলগী গুরুঘাট তাবদগী লোইবা ফাওবগা চপ মান্নগনি, লামায় ১৩-২০ দা য়েংবীউ।

য়েংগদবা—

রাগ হৌবগী মমাঙদা তৌগদবা পুন্নমক মহাক্রুমেলগী অধিবাসকী অহানবা শরক্তা তাকখিবত্নগা চপ মান্নগনি।

---

# বিজয় গৌরক্রমেল

## পালা জগোই—

বিজয়গী মতমদস্থ অধিবাসকী ক্রমগা চপ মান্নগনি। খেন্নবদি—সঙ্কার ১২ শুবা য়ৈরগা আখর ৭ য়ৈত্থনা পূং চোলোম তৌবত্থ লোই-রগা মেনকূপ তাত্থনা পূং য়ৈবমখৈস্থ ফমত্থনা লৈরগা ঈশৈ হনবনা চিংত্থনা মথংদা ত্থহার তারগা পালানা মরূপ মরূপ মথং মথং খোমদোন ফাওবা হৌগত্তূনা মগুলী মমুং অত্থ থুনা য়েংলোমদা কোয়না চত্তূনা জগোই শাগনি। মওঙদি— হৌগত্তূনা জগোই শানিন্নরিবা পালাশিং অত্থদি করতাল য়ৈররোই, মথক্তা থাঙ্গত্তূনা মানা মানা শানিঙবা মওঙদা পূংগী তাল চানা জগোই শাগনি, ফন্নিবা পালা ময়াম্না করতাল য়ৈগনি। জগোই শাবা অসিগী পূংদি—

+

"ঘিন্নঘ্র। ঘিন ঘিন Sঘিন ঘিন্না তেন্না খিতা তেন্তা তাঁ"

অসিনা হঞ্জিন হঞ্জিন তাল অমত্তদা য়ৈত্থনা লৈগনি। মসি পালানা খোমদোন ফাওবা জগোই শাবা লোইদ্রিবমখৈ য়ৈগনি।

## পূং-চোলোম, লাইরেন মথেক—

অসুম্না পালা পূন্নমক জগোই শাবা লোইরত্থনা হান্নগুম্না ফম্নগা পূং-য়ৈবমখৈ অমুক হৌগত্তূনা চোলোম তৌগনি। য়ৈগদবা পূংলোন—

. ঘিন্নভ্র) ঘিন ঘিন Sঘিন ঘিন্ন তেন্ন খিতা তেন্তা তাং অসিন-চিংবা অলঙ্কার পূন্নমক চোলোম তৌত্থনা য়ৈগনি। মতাং অসিদা লাইরেন মথেক চৎকনি।

লাইরেন মথেক অসি বংদেশ পালানা তৌরবদি মপান থোক্কনি, নটকীদি মপান থোক্লোই।

১৩, ১৪ শুবা সঞ্চার, গুরুঘাট—

মসি লোইরগা মথংদা ১৩ শুবা সঞ্চার ৱৈগনি। মতাং অসিদদি পালা পুন্নমকস্থ হোগৎলগনি। অস্নুম্না মথংদা ১৪ শুবা সঞ্চার ৱৈবা লোইরগা গুরুঘাট তাগনি। গুরুঘাটকী অরোইবা পুংদি—

ছাড়া—ঘিন্না তেন্না খিতা গিন ঘিন্তাং গ্রগ্র তাং তাং তাং তাৎ ধেন অসিনি।

গুরুঘাট লেইরগা মথাগী আখর অসি তাগনি মহুদি—

মেল—

"ঘি ন্ন ঘ্র । ধেন S তাঁ S । ঘিন তা S ধেন S তাঁ S।
ধ্ ধে S।" অসিনচিংবা।

আখর অসি ৱৈবা মতমদা করতাল মরোল খায়গনি, চোলোম তৌগনি। মসিগী অরোইবা পুংলোন্দি—

"থেৎ ধে তিন্তু তেন তৎ তাঁ তাং" হায়বা অসি তাদ্বনা মহাপ্রভুমেলগী বিজয়গিগা মান্নানা অত্মক লোইশিনগনি।

মতাং অসিদা গৌরপ্রভুমেলগী বিজয় লোইরে।

———

# নিত্যাই ধ্রুমেল

**শীজিন্নফম—**

নিত্যাই ধ্রুমেল হায়বসিদি মশানা "অধিবাস" য়াওদে। মসিগী শীজিন্নফমদি "সন্ধ্যানাম" (অয়ুক্কগী হৌরগা হুমিদাংৱাইরমদা লোইবা সঙ্কীর্ত্তন মখল অমা) অতুগা "কীর্ত্তন খোঙশাংবী" (চাক চারগা হুমিং তাবা ফাওবা শকপা ঈশৈ) অনি অসিতগী বিজয়গী মতমদা শীজিন্নৈ। অধিবাস হৌরবস্তু ধ্রুমেল য়াওবা ঙমজদবা কনাগুম্বগী অহোরাত্র কংপা কীর্ত্তনদস্তু "নিত্যাই ধ্রুমেল" অসি নত্তনা অতৈ অমনা বিজয় তৌবা য়াদে। অদুগা মী শিবগী শ্রাদ্ধদদি ফনা চাউনা শোনবা ওইরবস্তু কবিগুম্ব ধ্রুমেল অমত্তনা বিজয় তৌবা য়াদে।

মসিগী ক্রম মখাদা উৎলি—

**নিত্যাই ধ্রুমেলগী ক্রম—**

অহানবদা বাগ অচৌবা হৌরগা মথং মথং মেনকূপ ফাওবা য়ৈরগা মখাগী পুংলোন অসিদা থাগনি। মতুদি—

"ধন্নধা Sধন্ন ধিন্নধা Sধন্ন" অসিনচিংবা।

**চৈতন্য নিতাই—**

মতুংদা "চৈতন্য নিত্যাই" গী পুংলোন তাগনি মতুদি—

"তিন তিন তাতাঁ তাং—" দগী হৌবনা "ধা তিন তিন তা তাঁ—" ফাওবা য়ৈগনি। চৈতন্য নিত্যাই অসিদি ধ্রুমেলতদা য়ৈগদবা নত্তে নটকী সঙ্কীর্ত্তন পুন্নমক্তস্তু হৌরকপদা অমস্তুং লোইরকপদা মসি য়ৈদবা য়াদে। চৈতন্য নিত্যাই অসি য়ৈবা লোইবা ফাওবদা "মহাধ্রুমেল" দা তাকখিবগা মওং চপ মান্ননা লৈগনি হায়বদি সম্প্রদায় পুন্নমক মহাধ্রুমেলগী মতাং অসিদা তৌবা মওঙ অতুগা মান্ননা লৈগনি।

## নিত্যাই-ধ্রুমেল—দধি-মঙ্গল—

মসি য়ৈবা লোইরগা নিত্যাই-ধ্রুমেলগী হৌনবী পুংলোন তারগনি। মতম অসিদা ব্রাহ্মণনা "দধি-মঙ্গল" গী হৌনবী তৌবা হৌরগনি। মাগুব মপুস্থু জয়ধ্বনি লাউনবা থোরক্লগনি।

## সঞ্চারগী বাহন—

ছাডা—তাং—ঘিন খব (১০) ঘর (১০) ঘিন—
ঘিন্নগ্র ধিন ঘিন্নগ্র ধিন (৩)
ততততততৎ তাং—"

মথক্কী পুংলোন অসিদি সঞ্চাব খুদিংমক্কী মমাঙদা অমুক অমুক য়ৈগনি। মসিবু নিত্যাই-ধ্রুমেল সঞ্চারগী "বাহন" নি হায়না ওঝাশিংনা তাকপী।

সঞ্চার—

+

১বা সঞ্চার— (মেনকূপ ছন্দ)"ঘর ঘর) ঘিনতাঁ তিনতাঁ তিনতাঁ তিনতাঁ তিন্তাতাতাঁ, অসিনচিংবা।

অসুম্না অহানবা সঞ্চার লোইরগা মথাগী পুংলোন অসি সঞ্চার খুদিঙমক্কী অরোইবদা চপ মান্নবা অমুক অমুক য়ৈগনি, মতুদি—
"তাং তৎত খিৎততাঁখিৎ" অসিনচিংবা।

সঞ্চার খুদিঙগী অরোইবদা মসি য়ৈরগা মাগুব মপুনা হৌনবী জয়ধ্বনি লাউগনি।

## য়েংগদবা—

সঞ্চার য়ৈবা খুদিংগী অহানবদা "বাহন" অতুগা অরোইবদা মথক্কী অসি য়ৈবা অসিনা নিত্যাই ধ্রুমেলগী তৌদবা য়াদবনি খঙনগনি।

**২বা সঞ্চার—**

অহানবা সঞ্চারদা তৌথিবগুম্না অহানবদা বাহন য়েরগা ২শুবা সঞ্চার তাগনি মতুদি—

"তাগ্রগ্রতা খিতাং তগ্র ধিন ঘিন্তা" অসিনচিংবা। অরোইবদা অহানবা সঞ্চারগী মমৈদা য়ৈখিবা "তাং তৎত খিতাতাখিৎ" হায়রা অহু লোইবা ফাওবা য়ৈখিগনি। মসুম্না মতুংগী সঞ্চার খূদিংদসু তৌগনি। লোইরগা জয়ধ্বনি লাউগনি।

**৩বা সঞ্চার**—"থেন তাতাঁ ঘিন ঘিন ঘিনতা......"

৪ " " "তাতাতাতাঁ তাতাতাতাঁ তাতাতাতাঁ......"

৫ " " "থেন তৎত খিৎত তাঁ, থেন তৎত খিততাঁ... ...

৬ " " "তা তাঁ ঘিন্নগ্র ধিন ধিন তৎত খিৎতা ধিন"...

৭ " " "তা গ্রগ্র তা খিৎত তগ্র ধেন-তা......"

৮ " " "খিত্র ঘিনতা তাঁ ঘিনত তাঁ ঘিনতা ঘিন......"

৯ " " "ধিন গ্রগ্র ধিন ধেন্ন তাঁখিৎ তা ধিন ধেন্ন ঘিনতাং"..

১০ " " "খর খর) তাৎ খিতা তাৎ খিৎতা তাং খিতা..."

১১ " " "তাতাঁ Sত্রগ্র তেনতাং খিৎতা......"

১২ " " "খিতাতাঁ খিতাং ঘিনতাতাঁ ঘিনতাং ঘিন ধেই,..
ধিন গ্র গ্র ধেন-তাঁ খিতাং" অসিনচিংবা।

**পালা জগোই—**

অসুম্না য়ৈরগা পুং-য়ৈবসু পালাসু পূম্নমক লোইনা ফমগনি। অহুগা পুংলোন অসি হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈহুনা পালা পূম্নমক ঈশৈহনবদগী হোহুনা মথং মথং হুহার খোম্বাংবনচিংবা মরূপ মরূপ জগোই শাগনি। মহাঞ্রুমেলগী মতমদা শন্দোক্না তাকখ্রে।

**লাইরেন মথেক—**

অসুম্না পালাগী জগোই লোইরগা হান্নগী পুং অসিদা অলঙ্কার হাপ্তুনা অসুম্মক পুং-য়ৈবা ১৪ মক হৌগত্তুনা লাইরেন মথেক্কচিংবা চোলোম তৌগনি।

**১৩বা সঞ্চার** (মেনকূপ ছন্দ)—ঘ্রদ্র) ঘিন-থৎ তাক-ঘিন ঘিন-থৎ তাকঘিন……

১৪ " " " "তিন্ন-থ্র তাক-ঘিন তিন্ন-থ্র তাক-ঘিন তিন্ন-থ্র তাক-ঘিন তাক-ঘিন ত-তাং…"

মতাং অসিদা অরোইবা জয়ধ্বনি লাউরগা নাম থিনগত্তুনা হরি-ধ্বনি লাউরগা লোইশিনগনি। মসিগী মরমদা মহাপ্রুমেলদা শন্দোক্না তাকখ্রে।

**য়েংগদবা—**

নিত্যাই-প্রুমেল য়ৈগদবা মুমিৎ অত্তুদি ইহান হানবা রাগ হৌব-দগীনা নিত্যাই-প্রুমেল তারমদাই ফাওবদা য়ৈগদবা পুংলোন অত্তদা নিত্যাই-প্রুমেলগী মঙ্গুংচনবা পুংলোন অমত্তা লৌথোক্তুনা হান্না য়ৈবা য়াদে। স্বর্গীয় নোংমাইথেম ওঝা অবুংহননা চূড়াচাঁদ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা নিয়ম অসি থুগায়রুবদগী মতম খরা লোয়শঙদগী কূম্বা তাখি হায়নৈ।

মতাং অসিদা নিত্যাই-প্রুমেল লোইরে।

———

# লাইরেম্মা ঞ্রুমেল

৺চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা য়ুম্নাম ওঝা যত্নাথনা শেমখিবনি। মসিগী ঞ্রুমেল অসিদি দূর্গা পুজাগী মতমদদা য়ৈনৈ হায়তুনা "লাইরেম্মা ঞ্রুমেল" কৌনখি। দূর্গাবু মৈতৈনা লাইরেম্মা হায়নবদগী মিং অসি থোকখিবনি।

মসিগীদি মথক্কী ঞ্রুমেল অহুমগুম্না সঞ্চার ১৪ শুদে, সঞ্চার ৫তমক য়ৈগদবনি। ঙুমিদাং নত্রগা মুংথিন্দা লাইরেম্মদা কৎনৈ। মসিগীদি পুং ১৪ শুদবা নত্রগা হেনবা য়াই, অরেপ্পা থোইনা লৈতে, চুম্নতগী পুং অনিতনস্ থৌগন তৌনৈ।

কনাগুম্বা ঈশৈ য়াওবা ঙমজদবনস্ পালা য়াওদনা পুং-তনস্ থৌগন তৌনবা য়াই। সনা কোম্নুংদদি নিপা পালা য়াওদনা খক তৌদে।

পালা য়াওরবস্. য়াওদ্রবস্ লাইরেম্মা-ঞ্রুমেল য়ৈবদস্ অচৌবা রাগদগীদি হৌদবা য়াদে। অসুম্না রাগ হৌরগা গুরুঘাট তারমদাইদা মহাঞ্রুমেল গৌরঞ্রুমেলগী থেৎফম অতুদা লাইরেম্মা ঞ্রুমেলগী সঞ্চার য়ৈবা হৌগনি। অতৈ ঞ্রুমেলদা তৌখিবগুম্না মসিদদি সঞ্চার য়ৈবদা জয়ধ্বনি লাউররোই। অসুম্না গুরুঘাট তারমদাইগী "থ্রথ্র...(ছাড়া) তাৎ ধেন তধিন ঘিন্নঘ্র ধেন ততাঁ তাং তাং তাং" হায়বা অসি ইকোন কোনবগী য়ৈবা লোইরগা লাইরেম্মা-ঞ্রুমেলগী অহানবা সঞ্চার য়ৈবা হৌগনি।

১বা সঞ্চার (মেনকুপ)—

ঘিন্নঘ্র) ধেই-তাতেন Sতা থেন, ঘিন-তেন তাঁ" অসিদগী হৌবনা হৌমবী মথং মথং য়ৈরক্লগা মখাগী অসি তাগনি। মখাদা তারিবা পুংলোন অসিদি মথংগী সঞ্চার ৪ মক্কীস্ অহানবা সঞ্চারগা চপ মান্নবা মমৈ মমৈদা তাগনি। অহুমদি ওইরগা হুক্তিনবগী মওঙ থেন্নবদি লৈ।

মতুদি— ঘ্রঘ্র ধেন তাধেন ঘিনতাং তৎ তাং.........

২বা সঞ্চার (মেনকূপ)—"ঘিন্নঘ্র) ধেই-তা তেন-তা তেন-তা তাঁ-গ্রথ্র
তাং-তা তেন-তা তেন-তা তাঁ-ঘিন্নঘ্র"
অসিনচিংবা হৌনবী য়ৈরগা ১বা সঞ্চারগী মমৈদা
তাখিবদু তারগা লোইশিনগনি।

৩" " " "ঘিন্নঘ্র) ধেন-তা তেন-তা তেন তা তাঁ-তাং"
অসিনচিংবা য়ৈরগা মথক্তা হায়খিবা মমৈ তাবা
পুংলোন অদু তাগনি।

৪" " " "গ্রথ্র) তাঁ-ধন তৎ-ধনতৎ তাঁ ধন তৎ-ধনতৎ
তা-ধন তা-ধনত ঘিনাং-" অসিনচিংবা য়ৈরগা
হৌনবী মখা তাগনি।

৫" " " "ঘিনত্র-ঘিন তা-ধেন তা-ধেন তা-ধেই"

অসিনচিংবা য়ৈরগা মখা তাবা হৌনবা অদু তাগনি। অস্তুন্না সঞ্চার ৫ অসি য়ৈবা লোইরগা গুরুঘাট তাদুনা রাগ অচৌবগী হৌনবী মখা য়ৈথদুনা লোইগনি। মথংদা কার্ত্তিক সঞ্চার তারকপদা উপরি সঞ্চার (মরন্নাই পুংলোন) অমমম য়ৈনগনি।

অকোনবদা তিনতান মেল তানচপ মেনকূপ তাদুনা হৌনবা কায়দনা য়ৈগনি। লোইবা মতমদা মাগুব মপূনা মাগী ফমফমদা অদুম-মক ফমদুনা হরি-ধ্বনি লাউরগা "জয়ভাই" য়ৈদুনা লোইগনি।

য়েংগদবা—

মসি অহানবদদি পালাগী জগোই, পুংগী লাইরেন মথেক য়াও-রমদে। সার চূড়াচাঁদ সনা হাক্তক্তা স্বর্গীয় ওঝা সনা চন্দ্রহাসতা সনা য়াথং তাকপীদুনা মেনকূপকি পুংলোন্দা পালাস্থু পুংস্থু জগোই হাপ্লম্মী। অদুমকপূ মসি তৌনিঙবা মীতগীনি, অকরুবা কায়ফদবা নিয়ম ওইনবা লৈবদি নত্তে।

# বংদেশ ক্রুমেল

বংদেশ হায়বসি মৈতৈ নিংথৌ গরীবনরাজ মহারাজনা রামান্দী ধর্ম্ম চৎলিঙৈদা হৌদোকখিবনি। বঙ্গদেশতগী লাকপা কীর্ত্তনীয়া অমনা ইহান হানবা হৌদোক্তুনা রামজ্ঞীগী থৌগল তৌখিবদগী বঙ্গদেশ হায়বা য়াহৈ অসিদগী শমজিনখিদূনা বংদেশ পালা হায়না চৎনখি।

পালা অসিনা অহানবদা রামগী গুণ-গানতমক তৌরম্মী, মসি ঙসি ফাওবদস্থ বংদেশকী ওঝাশিংনা নিঙশিংনবা মশক ওইনা রাগ হৌবা মতমদা রাম শোনবা থাদোক্লুদ্রি। অরিবা ঈশৈনচিংবদি মতম্না কুই-মনবদগী মমি শামগ্রে অত্তবু পূংগী মরমদদি ইতোপ তোপ্না মওংদা তোঙানবা মশক অমা ওইনা চেল্লকপা ইচেল অহু ঙসি ফাওবা লেপ্লক্তি, হায়। অত্তবু ঐখোয়না চিংনৈ মহুদি, মতমগী মতুং ইন্না মসিদা অনৌবা শকলোন খরা চঙশিনখিদবদি নত্তে। চহি ৩০০।৪০০ গী মমাংগী কোর্ব্বেকনি হায়দুনা ওঝাশিংনা পুথোক্তুনা উৎপিবা অহু উরগা—থৌশামবীদ্রবা মতম অসি ফাওবদা লৈত-লাইরা অরা-অমা কয়ানা য়োমত্তনা অরিবা অহুতবু মাংদনবা লুনা থাজনা ঙাক্তুনা থম্বা ওঝাশিংগী অঙকপা শ্রদ্ধা অহু উবদা ঙক্তবা ঙমদে। মতৌ অসিদগী হৌগ্রবা থায়নগী সমাজগী চৎনবী, ফিজেৎ চাকচা পুম্নমক মিত্তা শং-শঙনা উহল্লকপগুম তৌই।

পূং—

নট পালাগী পূংদগী মসিনা য়াম্না চাউবা হেল্লি, শাংবা হেল্লি, মওঙদি অমত্তুনি। মসিগীদি পূংয়োম-ফি অনি শুদবা য়াদে, নটকিদি অমত্তনি। খোম্লোকস্থ অনৌবদগী মসিনা লুম্বা হেল্লি। মওঙ মতৌ অতৈ পুম্নমক নটকী পূংগা চপ মান্নে। নট-তগী মসিনা পূংলোন খরা পৌবা হেল্লি।

**করতাল—**

মসিনা অনৌবা করতালদগী পাকপা হেল্লি, শেঞ্জেংনা শাবনি। মখোলসু মান্নদে, মরীসু অতেনবা পাল্লি।

**ফিজেৎ**—নটকা অমত্তনি, মথক্তা তাকখ্রে।

**ধ্রুমেল মখল—**

বংদেশ পালাগীসূ ধ্রুমেল মখল মরি অতুম্মক শুই। অতুমদি ওইরগা ধ্রুমেল মমিং চপ মান্নবনিনা বংদেশকী ধ্রুমেল অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মথক্তদি লৈরক্ষম থোক্ত্রে ; মসিগী মরমদা ওঝাশিংনা থোই-দোকপা অচেৎপা অমা লৈ হায়বসূ তাকপিদ্রে। মখাদা ধ্রুমেলগী চাউরাকপা ক্রম অমা উৎলি।

মহাধ্রুমেল তৌবা তারবদি নট-মহাধ্রুমেলগী মতাংদা লামায় ৭ ফাওবদা তাকখিবা শরূক অতুমখৈদি চপ মান্নরগা মখাগী ক্রম অসি চত্থগনি।

অহানবদা রাগ অচৌবা য়ৈগনি। মথংদা গৌরধ্রুমেলগী হৌনবী য়ৈগনি। ধ্রুমেল লোইরগা অষ্টকালগী মতুং চনবা হৌনবী শৈশক তাগনি। অষ্টকালগী মতুংদা ঘাট তারগা "মেনকোয়" অমা য়ৈরম্লগা ধ্রুমেল লোইরে। মসি লোইরবদি লৈপাক চাবা পালানা লৈহৌরগা সেবক পালানা থোকগ্রগনি।

## অধিবাস ধ্রুমেলগী মওঙ

বংদেশ-পালাগী ধ্রুমেল থূদিংমক্তা পূং-য়ৈবা ১৪, ঈশৈহনবা ৭, তুহার ৭ লৈগনি। পূং-য়ৈবা ১৪ অসিগী মতুংদা তংখায় অমনা মণ্ডলী পূজাগী মখাদা, তংখায় অমনা অৱাংদা পরেং শানা লৈগনি। মখা থংবা পরেংগী মতোনথংবা হায়বদি নোংচুপ থংবা অতু কীর্ত্তনীয়া অমনা ওইগনি অতুগা অৱাং থংবা পরেংগী খোমদোম্না (নোংপোক্না) ব্রহ্মণ অমনা

গুইগনি। অতৈ ১২ অতুদি বংদেশ মশাগী পুং-য়ৈবনা তৌগনি। অরাং থংবা পরেংগী নোংচুপ থংবনা খ্বায়গী মকোক্নি, মসিদা হঞ্জবা লেপকনি।

**ঈশৈ-হনবশিং—**

বংদেশ পালানা নাইতোম ঈশৈ শকপা তারবদি ময়ায়দা ঈশৈ হনবা অমমমত্তমক লেপ্পরবস্তু ধ্রুমেলগী মতমদদি খোম্বাংবদগী ৫ লৌশিন্দুনা ঈশৈ-হনবগী লৈফমদা মী ৭ শুনবা লেপকনি হায়বদি ঈশৈ হনবা ৭ শুহনগনি। ঈশৈ-হনবশিংগী মফমদি মণ্ডলী পূজাগী নোংপোক্তা মায় নোংচুপ ওন্না লেপকনি। খোম্বাংবা অতৈনা ঈশৈ হনবশিংগী মতুংদা লেপকনি।

**তুহার ৭—**

মকোক থংবা তুহারদগী মথং মথং মী ৭ লৌতুনা ধ্রুমেলগী মতমদদি তুহার ৭ শুবগী মওঙ তৌগনি।

## রাগ হৌবগী মওঙ

ব্রাহ্মণ মাওব-মপুনা হরিধ্বনি লাউরগা রাগ অচৌবা য়ৈগনি। রাগ তাত্রিহৈঁদা তৌগদবা পূন্নমক নটকা মান্নগনি।

**রাগ ৭—**

নট-পালাগা ক্রম মান্নরবস্তু বংদেশকিদি ঈশৈ-হনবা ৭ মক্না তোপ্পা তোপ্পা মকোক মথং নাইনা মখাগী রাগ অসি হৌনগনি মতুদি—শ্রীরাগ, গান্ধারী, শুভগা, গৌরী, কৌমারী, বেলৱারী, বৈরাগী।

অস্তুন্না ঈশৈ হনবা মকোক্না অহানবা শ্রীরাগ হৌবা লোইরগা তুহার মকোক্না খুমগনি। অস্তুম তৌনা মথং মনাউ কায়দনা তুহার অতৈস্তু মাগী মাগী মপা লাকপদা খুমগনি। তুহারনা খুম্বা অসিদা পালা ময়ামস্তু অতুম্মক য়াওবা য়াই।

অসুম্না রাগ ৭ শুনা হৌবসি ক্রমেলগী অধিবাসতদনি। বিজয় ক্রমেলদদি তৌরোই, চুম্নগী "কামোদ" রাগ হৌরগা লোইরে।

## রাগ অচৌবগী পুংলোন

মসি ছাড়াগী মওঙ খরদি লৈঃ—

তাং S S তাং S S তাং S S তাং তাং
তা তা S তাং
S S তাং তাং তা তাঁ S তাং S তাং তাং ॥
তা তাঁ S তাং
SS থেং S ধেই S তাং তাং তা তাঁ S তাং
SS " " " " " " " " " "
SS " " " " " " " " " "
S ঘিন্ত্র ঘিন্ত্র ধেই S ধেই S তাং তাং তা তাঁ S তাং
S " " " " " S " " " " " "
S " " " " " S " " " " " " SS
ত্রথ্র তাং ত্রথ্র তাঁঃ খিৎ তা তেন S তা তাঁ...অসিনচিংবা

য়েংগদবা—

বংদেশকিদি পুংখোল খুদিংমক মাঙহন্দনা করতাল খিঙই। অমসুং খোঙথাং লোয়ননা চোলোম তৌই। রাগগী চোলোমদি—নাক-য়েংবা খোঙথাংনা পীরকপা মতুংইন্না থর থর হাইগনি।

অসুম্না রাগ অচৌবা হৌবা লোইরগা পালা পুম্নমক কম্নগা ক্রমেল তারগনি। বংদেশকিদি মতাং অসিদা সঞ্চার ১৫ য়ৈগনি। অহানবা সঞ্চারবু "গৌরচন্দ্র-সঞ্চার" নত্রগা-"লাই সঞ্চার" হায়না খঙনৈ। লাই-সঞ্চার অসিদি পুং-য়ৈবা পুম্নমক তিম্নচুনা য়ৈমিন্নগনি মসি লোইরগা

পূং-য়ৈবা থুদিংমক্লা মাগী মাগী মরম্নাই সঞ্চার অমমম তোপ্পা তোপ্প য়ৈনগনি। মী অমমমনা অহানবা শক্লক্তং হৌদোক্লগা মথংদা ময়াম চংত্নবা য়ৈমিন্নগনি, য়ৈবগী মথং মনাউদি নটকা মান্নগনি।

**গৌর সঞ্চার**—খিততা° খিততাং ঘিন্নঘ্র ঘিন তা ধেন ঘিনতাং
Sতা তাং S ॥৩॥

মসি য়ৈবা মতমদদি ব্রাহ্মণনা জয়ধ্বনি লাউরোই। মথংদা পূং-য়ৈবা মকোক্লা মাগী সঞ্চার য়ৈগনি মচুদি—

+
১ বা সঞ্চার (মেনকূপ ছন্দ)—ঘিন্নঘ্র) ঘিনতাঁ ঘিন তাঁ ঘিনতাঁ ঘিন-তা
Sথেন ঘিনতাং তাতাং ॥৩॥ অসিনচিংবা।

২ ” ” ” তেনত্রেথ্র তেন-তাং খিৎ-তা Sধেন
খিৎত্র ঘ্র ধিন ধেন ঘিন-তাং তা-তাং ॥৩॥
অসিনচিংবা।

৩ ” ” ” ঘিন্নঘ্র) ঘিনত তেন Sতাঁ খিৎ তা তেন Sতা·
খিৎতা·তা খিৎ-তাং খিৎতাং তাতাং
অসিনচিংবা।

৪ ” ” ” তা-তাং Sতাং Sত্রথ্র তেনতা খিৎতা
Sধেন Sঘিন-ঘিন্তা ধিন ধেন ধিন-তাঁ
Sতাং ॥৩॥ অসিনচিংবা।

৫ ” ” ” খিৎ খিৎ Sতাং Sত্রথ্র তেন তাং খিৎ-তা
Sধেন Sত্রথ্র তেনতাং ঘিন-তা তাং ॥৩॥
অসিনচিংবা।

৬ ” ” ” তাতা Sতাৎ তাতেনততা Sতাং খিৎখিৎ
Sধেন ঘিন ঘিন Sধেন ঘিনতাং তাতাং ॥৩॥

৭ শুবা সঞ্চার—তাং তাতাতেনতাং তৎতৎতাং খিৎ-তা Sতাং
Sত্রঞ তেন্তাং খিৎ-তা Sধেই Sধিন Sধিন খিন-তা Sতাং
৮ " " তাগ্রঞ তাগ্রঞ তাগ্রঞ তাংখিৎ-তাং খিৎ-তা ধিন ধেন,
ঘিনত্রগ্র ঘিন তা ধেন ঘিন-তাং তা তাং ॥৩॥
৯ " " ধনতাঁ ঘিন Sধনতাঁ ঘিন·ধন তাঁ ঘিন
Sত্রঞ তেনতাং খিৎতা ধিন ধেন
ঘিন্নগ্র ঘিন তা ধেন ঘিন-তাং তা তাং ॥৩॥
১০ " " তা গ্র গ্র তাং খিৎ তাং খিৎতাং তা তাং
খিৎ-তা তাখিৎতা ঘিন-ঘিন Sধেই
ঘিন-তা তা তাং ॥৩॥
+
১১ " " গ্রগ্র) তৎ তখিৎ Sতৎতা খিৎ-তা ধিন ধেন
ঘিন্নগ্র ঘিন তা ধেই ঘিনতাং তাতাং ॥৩॥
১২ " " খিৎ-খিৎ Sধেই তাধেন তা ধিন ধেই
ঘিন্নগ্র ধেন তা ধেই ঘিন-তাং তা তাং ॥৩॥
১৩ " " তৎতা খিৎ Sতৎতা খিৎ-ত্রগ্র তেনতাং খিৎ-তা
Sতাং Sধিন Sধেন ঘিন তাঁ Sতাং ॥৫॥

( মসি ব্রাহ্মণগী সঞ্চারনি হায়বদি অরাংথংবা পরেংগী থোমদোন
ব্রাহ্মণ অতুগীনি )

১৪ " " ঘিন-ঘিন Sধেই ঘিন ধেই ঘিন খিৎততা
ঘিনতাং ঘিনততা ঘিনতাং ঘিনতাং তাতাং S
মসিনা কীর্ত্তনাগীনি ।

য়েংগদবা—

লাই সঞ্চার নত্তনা অতৈ সঞ্চার ১৪ য়ৈবদা মাগুপ মপুনা জয়ধ্বনি অমুক অমুক লাউগনি। মথক্কী সঞ্চারশিং অসি মকোক-মকোক্কুং তাকপনি। মাগী মাগী মতুং ইনবা চোলোম কোন্নবা অলঙ্কার য়াম্না লৈরি। মসিগী মথংদা ঘাট তাগনি। মসিবু ওঝাশিংনা "গৌরচন্দ্র-ঘাট" হায়না কৌনৈ।

গৌরচন্দ্র ঘাট (ছাড়া)—

তাং ঘিন ঘিনত্র ঘিন তাং তা তাং তা অসিনচিংবা।

মসিনা হঞ্জিন হঞ্জিন থুজিন্না য়ৈরগা থাগনি।

ঘাট অসি লোইরগা গৌরচন্দ্র মেনকোয় য়ৈগনি মতুদি—

মেনকোয় (রাজমেন ছন্দ)—

+

তাং S তাং S | ঘিন S S | তাং S তাং S | ঘিন S S

ঘিন S খিৎত্র | ঘিন S S | তা S তাং S | S S S .........

অসিনচিংবা।

মসিনা থুজিন্না হঞ্জিন্দুনা য়ৈরগা থাগনি। মসিবু রাজমেল হৌগৎলকপনি হায়দুনা "মেনকোয়" কৌই।

অধিবাসকী ধ্রুমেলদি মসিদা লোইরে। মসি ক্রুমেল পুন্নমক্তা চপ-মান্নগনি। মতাং অসি অহানবা শরুদবা শৈফম পালা "লৈবাকচাবা" লৈহৌরগা "সেবক-পালা" দি থোকখ্রগনি। মতাং অসিদা লৈহৌরিবা পালাদা গন্ধ-চন্দন চঙগনি। অসুন্না পালা অনিনা শিল্লোন-শিঞ্জিন শরুদুনা মতুংগী ভুমিৎকী ভুমিদাং ব্রাইরম ফাওবদা অষ্টকাল কায়দনা রস মথল পুন্নমক শুনা শরুরগা ফেরা-গোষ্ঠ শরুবা তুংদা পালা পুন্নমক পুশিন্নদুনা অধিবাসতা লেপখিবগুম লেপ্পরগা ছয়-গোস্বাইনাচিংবা

সংকীর্ত্তন লোইবগী হৌনবী তৌতুনা লোইশিনগনি। মথংদা বিজয় ধ্রুমেলগী হৌনবী তাগনি। অতুম ওইতুনসু "জয়ভাই-চৈতন্য নিত্যাই" অতুদি থাকখিগনি।

য়েংগদবা—

বংদেশকী মেল ১২, তাল ১২, ঘাট ১২ শুনা লৈ। হায়রিবসিদগী য়াৎপা-হেনবা, শেমজিনবা তৌনদে। থায়নগী অরিবা মশক অতু ঙাক্তুনা অতুম্মক লৈ। শকলিবা শৈশক্তা মতাং চানা অচাবা য়েংতুনা অপাম্বা মতুংইন্না শিজিন্নবতনি

---

# বিজয়-ধ্রুমেল

বিজয়-ধ্রুমেল অসিসু অধিবাসকা চপ মান্নগনি অতুমদি ওইরগা বিজয়গী মতম অসিদদি ব্রহ্মণনা হরিধ্বনি লাউরগা পালানা "হরে হরে" খুল্লগা ঈশৈগী "কামোদ" রাগতমক হৌতুনা হান্না শক্কনি। অসুমনা ঈশৈগী রাগ হৌরগা কোন্না পুংগী রাগ অচৌবা হৌগনি। পুংগী রাগ য়ৈবা লোইরগা মখাদা তাকলিবা অসিগুম্না লাইরেন মথেক চৎকনি। মতুগী পুংলোন্দি—

থেনS তাংS | ঘিন S S | থেন SতাংS | ঘিনS S

ঘিন S খি ত্র | ঘিনS S | তা S তাংS | S S S

মসিনা হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈতুনা লাইরেন মথেক কোয়গনি। জগোই শাবা তারক্লবসু পুংলোম অসিনা শাগনি।

লাইরেন মথেক—

রাগ য়ৈবা হেক লোইবগা মথক্কী পুংলোন অসি য়ৈহনা অরাং থংবা পরেংগী পুং-য়ৈবা মকোক্কা চিংহনা মথা-থংবা পরেংনা তুং-ইন্দুনা মপান থোক্লকপা হোৌগনি। অসুম্না পুং-য়ৈবশিংগী মথংদা ঈশৈ-হনবা ছুহার অমসুং পালানা মথং মথং ইনগনি। লাইরেন মথেক্কী মওঙ মখাদা তাকলি—




য়েংগদবা—

নং ১-১২ ফাওবসি মাগুপ-ময়োনগী উখোংনি। চৎপগী মওঙ মখাদা তাকলি—

অরাংগী পুং-য়ৈবা মকোক্কা চিংহনা পালা খোমদোনগী নাকন্দা তুংওইননা থোরক্লগা নং ১ গী উখোংবু ওয়ওইননা কোয়রক্লগা অরাং ওল্লক্তুনা মণ্ডলী-পূজাগী মনাক তান্না লাক্লগা অমুক মায় মথা ওল্লক্তুনা লাক্লগা নং ২ শুবা উখোংবু ওয়ওইননা কোন্দুনা লৈরক্কনি। মওঙ অসিগা চপ-চপ মান্নরা মণ্ডলী-পূজাগী মনাক তান্না অমুক চঙলগা থোরক্তুনা নং ৩, ৪, ৫, ৬, ৭, ৮ ফাওবা অতুম্মক ওয়ওইননা কোয়-গনি। মথংদা নং ৯, ১০, ১১, ১২ অসিসু কোয়রগা মণ্ডলী মনাক চঙহনা মণ্ডলীবু য়েৎ-শুইননা অহুম্লক কোয়গনি। মসি খুৎকোয় খুদিংগী অসুম অসুম পীকশিল্লকদবনি। অসুন্না কোয়বগী অহুম শুবা খুৎকোয়

লোইরগা ওয়ওইননা লৈথোরক্তুনা অমুক থূৎকোয় অহুমলক শুনবা খরা খরা লাওথোক্লা কোয়রক্কনি। অসুম্না হন্দোরকপা অসিদা পুং-য়ৈবা মকোক্লা হান্নগী মাগী মফম য়োরবদা থাগনি (লোইগনি)।

লাইরেন মথেক লোইরগা হান্নগী মাগী মাগী মফমদা পুন্নমক ফম্নরগা ঈশৈ-হনবা ৭, তুহার ৭ না মথং মথং জগোই শানগনি। মথোয়গী মথংদা পালা অতৈ পুন্নমকস্ন কাংবু কাংবু জগোই শানগনি। জগোই শাবগী পুংলোন—

থেনS তাংS | ঘিন S S | থেনS তা·S | ঘিনS S

ঘিন Sখি ত্র | ঘিনS S | তা Sতাং:S | S S S॥

মসিনা জগোই লোইদ্রিবা ফাওবা হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈগনি। মসি লাইরেন মথেক্কী পুংলোনগা চপ মান্নে।

অসুম্না পালা খোমদোন ফাওবা জগোই শানবা লোইরগা পালা পুন্নমক ফমতুনা লৈগনি। মতম অসিদা পুং-য়ৈবমথৈ হৌগত্তুনা অধিবাসতা তৌথিবগুম্না সঞ্চার ১৫ অমুক মথং মথং য়ৈগনি। সঞ্চারদি হান্নগী অতুমক্তি, হোংগদবা নত্তে। জয়ধ্বনি হান্নগুম্না লাউগনি।

অসুম্না সঞ্চার য়ৈবা লোইরবদা সম্প্রদায় পুন্নমক থুরুমতুনা হৌগৎলগনি। থুরুমতুনা হৌগৎপা অসিদদি পুং য়ৈররোই। অসুন্না হৌগত্তুনা লেপ্পরগা নিত্যাইপদগী পুংলোন তারগনি। মরক্তা অমা থল্লরোই।

য়েংগদবা—

মথক্কী তাকলিবা অসি ক্রমেল পুন্নমক্তা চপ মান্নগদবনি। নিত্যাইপদগী মতাংদতা থেন্নরকই মতুদি—

মহাঞ্চমেলগী নিত্যাইপদ—

পুংলোন— তাংS S তাং S S তাংS S

তৎ তৎ তাং তৎ তাং তৎ তাং S অসিনচিংবা।

অসিনচিংবা হৌনবী পুংলোন য়ৈরগা লোইশিল্লকপগী অরোইবা পুংলোন "থেৎ ধেন তাং তাং তাং তাঁ তাং" হায়বনচিংবা অহানবা রাগ হৌখিবগী পুংলোন্দা য়াওখিবা অত্থু য়ৈরগা—

"জয় ভাই চৈতন্য নিত্যাই
ভাই ভাই চৈতন্য নিত্যাই"

অসি হায়ত্থনা লোইশিনগনি। ব্রাহ্মণনা সংকীর্ত্তন লোইবগী হরিধ্বনি লাউরগা নাম থিনগৎপগী হৌনবী তৌগনি।

য়েংগদবা—

নিত্যাইপদগী মতম অসিদা পুং-য়ৈবা পুন্নমকস্থু পালাস্থু খোঙথাং ১২ চৎকনি। হায়বদি খুদিংমক্তা খোঙফম ১২ শুড্রিমখৈ য়েৎওইননা লৈত্থনা মশা পুমলৈ লৈথোক্কনি। মসি থুংলৈ অহুম্লকনি। মসি পালাস্থ পুং-য়ৈবস্থু চপ মান্ননা তৌগদবনি।

## ঞ্চমেলগী মখল খাইদোকপা

গৌরঞ্চমেল—

অহানবা রাগ হৌবদগীনা অহোরাত্র কীর্ত্তনগী অকোনবা শৈশক লোইত্থনা বিজয়গী হৌনবী তারকপা, নিত্যাইপদকীদি মথক ফাওবদা য়ৈরিবা পুংলোন পুন্নমক অত্থুবু বংদেশনা "গৌরঞ্চমেল" হায়না খঙনৈ।

মথক্তা হায়ব্রে, বিজয়গী সঞ্চার য়ৈবা লোইরগা হৌগত্থনা তারক্কদবা পুংলোন অত্থুদতা ঞ্চমেলগী মখল খায়দোকপনি। হায়বদি নিত্যাইপদকী পুংলোন তারকপদা মহাঞ্চমেলগী য়ৈরগা মহাঞ্চমেল, নিত্যাই-ঞ্চমেল য়ৈরগা নিত্যাই-ঞ্চমেল, অমস্থুং লাইরেম্বী-ঞ্চমেল য়ৈরগা লাইরেম্বী-ঞ্চমেল অস্থুম্না খঙনৈ।

মরম অতুনা ক্রুমেল খুদিংমক্তা গৌরক্রুমেল য়ৈরগা বিজয়গী নিত্যাইপদ তারকপদদা অতৈ অতোপ্পগী হাপ্লগা খেন্নহনবতনি হায়বসি খঙনগনি। গৌরক্রুমেল মশাগী নিত্যাইপদতি লৈতে।

নিতাইক্রুমেল

নিত্যাইপদ—থেনSতর | ঘিনতব | ঘিনতব | ঘিনতব
ঘিন | থেন অসিনচিংবা।

লাইরেম্বীক্রুমেল

নিত্যাইপদ—থ্রথ্র) তাং-তাং তাং-থ্রথ্র ॥৩
" "
" " অসিনচি'বা

খঙগদবা—

শ্রী৺গোবিন্দগী মন্দিরদদি "মহাক্রুমেল" তমক যৈগনি। খুল্লক্তনা নিত্যাই-ক্রুমেল অমসুং লাইরেম্বী-ক্রুমেল যৈগনি।

ক্রুমেলগী রাগ অসি নত্তনা শ্রাদ্ধ সম্বৎসবনচিংবদা যৈগদবা রাগ অচোবা মখল অনি অমসু লৈবি। মতুবু নিপা নুপী হাযনা অমুক খায়দোকলি। নিপা শিরগা নিপা (পুং-রাগ), নুপী শিবগী কর্ম্মদনা "নুপী রাগ" (স্ত্রী-রাগ) য়ৈনৈ। অসুম্না ঈশৈদসু নিপা-নুপী খায়রি, নিপাগীদা "রাগ" নুপীগীদা "রাগীনী" শকনৈ।

## অহোরাত্র কীর্ত্তনদা বংদেশ

হৌনবী মতুং ইন্না ঈশৈ-হনবা ৭ মক্না মাগী মাগী হৌনবী বাইন-নচিংবা য়াওনা রাগ মখল ৭ শুনা হৌনদুনা দুহার ৭ নসু মথং মথং

খুম্নরগা মথংদা পুংনা সঞ্চার য়ৈগনি। সঞ্চার য়ৈবা লোইরগা গৌরচন্দ্র তাহুনা শক্কনি। মসি অহানবা রাগগী গৌরচন্দ্রতমক তাগনি হায়বদি রাগ ৭ মক্কী তোপ্পা তোপ্পা গৌরচন্দ্র শকলোই, ইহান হানবা অতুতগী শক্কনি মহুদি—

## ছাড়া

জয় জয় জয় শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য নাম॥ধ্রু অসিনচিংবা।

অহানবা পদ অসি ঈশৈ-হনবনা শক্লগা তুহারনা খুমলিঙৈদা খুরুমতুনা ঈশৈ-হনবদি খোম্বাংবা পুং-য়ৈবগা লোয়ননা ফমগনি। তুহারসু ঈশৈ খুম্বা লোইরগা পালা পুম্নমককা লোয়ননা ফমগনি। ফমলিঙৈদা মথাগী পদ পুম্নমক লোইনবা শক্কনি। গৌরচন্দ্র অসিগী মতুংদা তুইতাল অমা য়ৈরগা ঘাট তাহুনা মেনগোয় য়ৈরগা সেবক পালাদি থোকথ্রগনি।

তুইতালগী পুংলোন

"ত্র) ঘিন তাখিৎ তাং S তাং খিৎ তাং"—অসিনচিংবা

ঘাট—

ছাড়া—"তাং ঘিন ঘিন্ত্র ঘিন তাং তা তাং তা"........অসিনচিংবা

মেনগোয়—

"তাংতাং ঘিন তাংতাং ঘিন ঘিন্ত্র ঘিন তা তাং......"

অসিনচিংবা।

অসুম্না সেবক পালা থোকথ্রবদা লৈপাকচাবা পালা লৈহৌরগা গন্ধ-চন্দন চঙগনি। গন্ধ-চন্দন চঙবা মতম অসিদা মথাগী ঈশৈ অসি শক্কনি মহুদি—

## ঈশৈ

শ্রীবাস মন্দিরে গৌর করে অধিবাস ॥ধ্রু
সকল ভকত সঙ্গে কীর্ত্তন বিলাস ॥

মসিগী মথংদা ঈশৈ-হনবনা সূত্র ওইনা নবদ্বীপ বর্ণন অমা থীদোক্লগা কৃষ্ণ-রূপ অমা শক্কনি। তুহারনা খুমগনি মথুদি—

**কৃষ্ণ-রূপ**—"শ্যাম রূপ জলদ বরনা" অসিনচিংবা।

মসিগী মতুংদা অনুরাগ তাগনি মথুদি—

"সখি হে শ্যাম রূপ জাগয়ে মরমে

.......................................

এতই যাতনা কেনে অবলা রাধারে ॥ অসিনচিংবা।

মথক্কি অনুরাগ অসি একতাল মচা য়ৈতুনা শকপা লোইরগা ফম্না ফম্না অতুম্মক থাতুনা খুরুম্লগা লৈপাকচাবা পালা অমুক থোকখ্রগনি। সেবক পালা চঙলক্লগা মতুংগী শৈশক শিল্লগনি।

## শৈশিনগী মণ্ডও

সেবক পালানা চঙতুনা হৌনবী মতুংইন্না কোয়তুনা লৈরগা গন্ধ-চন্দননচিংবা চঙতুনা বরিবা লোইরগা তাগদবা মখাগী রস অমা হেক্তমক ফম্না ফম্না অতুম্মক শক্কনি। মসিদদি রাগ হৌররোই—

"সভামোহন" হায়না খঙনবা মখাগী ঈশৈ অসি শক্কনি। পুং য়াওদে, ছাড়াদা শক্কদবনি মথুদি—

নিজ গৃহে শয়ন করল যতুরাই
... ... ... ... ... ... ...
... ... ... ... ... ... ...
গোবিন্দ দাস পহুঁ শুনি পরমাদ ॥

মসি লোইরগা কৃষ্ণ অভিসার শক্কনি মতুদি—

কাননে কুসুম সবহুঁ পরকাশ

শারী শুক পিক মধুরিমু ভাস॥ অসিনচিংবা।

মসিগী ঈশৈ মশা অসি শকলিঙৈদা ঘাট খায়রগা মেল তাগনি। ঘাট হেক তাবদা সম্প্রদায় পুন্নমক হৌগত্তুনা ওয়্-ওইননা "বেড়ি-ঘাট" কোয়গনি। মসিগী মরোল অকুপ্পদি নট-পালাগা চপ-মান্নগনি। মসি-দগীদি "রাজমেল" তাহুনা অকনবা চোলোম তৌগনি। অসুম্না মেল থারগা ফমহুনা মথংদা রাধা-অভিসার শক্কনি মতুদি—

"এ সখি চমকি মোহে রাই" দগী হৌবনা

"রাই কাহ্নু পাইলু দরশন" ফাওবা শক্কনি।

রাস—

মথংদা রাসকী ঈশৈ শক্কনি। মসিদসু সম্প্রদায় পুন্নমক ফমহুনা লৈখিগনি·—

ঈশৈ

সখিগণ মেলি করত কত রঙ্গ॥

কত কত গাওত নয়ন তরঙ্গ।

নব নায়রী নব নায়র

নৌতুন নব নেহা অসিনচিংবনা হৌরগা "রাই কাহ্নু কুসুম শয়নে" ফাওবা শক্কনি।

সম্ভোগ—

মথংদা সম্ভোগকী ঈশৈ শক্কুনা বড় চৌতাল য়ৈগনি। ঈশৈদি—

"দুঁহু জন নিতি নিতি নব অনুরাগ" অসিদগী হৌবনা

"রাধা-গোবিন্দরূপ কি দিব তুলনা"

হায়বদা লোইগনি।

অসুম্না তাল য়ৈরিঙৈ অসিদ্দা ঈশৈ-হনবা ছুহার অমসুং পুং য়ৈবা অনিদি হৌগত্তুনা চোলোম তৌগনি। মতাং অসিদা "মহানিশা' কোম্নবা শক্কনি। অসুম্না সম্ভোগ শকপা লোইরগা থাত্নুনা সেবক পালানা খুরুমত্নুনা থোকপ্রগনি। মথংদা লৈপাকচাবনা অমুক শিল্লগনি। মতম অসিদসু সেবক পালাগুম্না কম্না কম্না অত্নুম্নক শক্কনি, পুং-য়ৈবা, ঈশৈহনবা অমসুং ছুহারতনা হৌগৎকদবনি।

## লৈপাকচাবগী ঈশৈ—

অহানবদা স্বাধীনগী ঈশৈ শক্কনি। রাগদি হৌররোই। ঈশৈদি—

রতি রণ অবসানে বৈঠল ছুঁহু জনে

অসিনচিংবা ভণতা ফাওবা শক্কনি। মথংদা যুগল প্রার্থনা তাগনি ঈশৈদি—

রাধা-কৃষ্ণ সেবন মুঞি জীবনে মরনে

... ... ... ... ... ... ...

প্রার্থনা করয়ে সদায় নরোত্তম দাস॥

প্রার্থনা অসি শকপা মতমদা "উজ্জ্বল" হায়বা তাল অত্নু য়ৈগনি মত্নুদি—

+

**তানচপ-মপী**—খর খর) তাং-ঘিন তাং ঘিন্ত্র ঘিন্ত্র ঘিন-তাং তাং···

অসিনচিংবা।

মথংদা ঈশৈ-হনবনা সূত্র ওয়না থীত্নুনা "শুতন" হায়বদি ইবুংঙো ইবেম্মা চেপ্পগী ঈশৈ শক্কনি।

## সেবক-পালা—

মতাং অসিদা থনম্লগা লৈপাকচাবা-পালা থোকপ্রগনি। মথংদা সেবক-পালানা অমুক চঙত্নুনা শৈফম শিল্লগনি। মতম অসিদদি মঙ্গলার্ত্তি

মতম য়োরক্লগনি। মসিবু "নিশান্ত" ( অহিং মমৈ ) হায়না থগৈ। হায়গুম্না অতুম্মক ফম্না ফম্না ঈশৈ শক্কনি।

## গৌরচন্দ্র—

"উঠ উঠ গৌরাচাঁদ নিশি পোহাইল" অসিনচিংবা।

মথংদা— "রজনী চরম যামে স্তোক তারা ভিরামে"

অসিনচিংবা লোইবা ফাওবা।

মথা শমথগনি—

"রাই জাগ শুক শারী বলে" অসিনচিংবা।

মথংদা সাজন তাগনি—

সময় জানিয়া দুঁহু উঠিয়া বসিল

যত রূপ তত বেশ অঙ্গেতে সাজিল অসিনচিংবা।

মসিগী মথংদা আরতি কংলগা "পঞ্চম-তাল" য়ৈগনি।

## ঈশৈ

শুন শুন ব্রজনারী নিশি অবসান॥

গুরুজন জাগাইলে ননদিনী দেয়ব গালি"

মসিনা হৌরগা—

"তিলে আধ না দেখিলে কেমনে ছাড়িা যাব"

অসিনচিংবা।

মথংদা বিচ্ছেদ শক্কনি মতুদি—

নিজহু মন্দিরে চলে গেল সবে

শেজ পরে শুতলি রসবতী রাই।

মথংদা "রসোদগার" শক্কনি মতুদি—

"কহ কহ সুন্দরী, আজ রজনী কুঞ্জবিলাস"

... ... ... ... ... ... ...

শেখরদাস কহে ঐছন প্রেম॥

মতাং অসিদা সেবক থোকপ্রগা লৈপাকচাবনা স্নান নচিংবা তৌহুনা অমুক শিল্লগনি। তু উরকপদা মখোয়না গুরুজন শক্লগনি মহুদি—

গুরুজন জাগল ভেল বিহ্বান।
গোবিন্দ-দাস পহুঁ ইথে মন মেলি।

মথংদা কৃষ্ণ হৌদোকপগী ঈশৈ তাগনি—
"ব্রজ-কুল-চাঁদ নিছু জাওতর" অসিনচিংবা।

অসুম তৌহুনা প্রাতঃ দগীনা "ফেবা-গোষ্ঠ" কাওবা অমুক অমুক অষ্টকালগী মতম কায়দনা শিন্দুনা শক্লগনি। অয়াম্বা ঈশৈদি পদাবলীগী মক্তনি।

ফেবা-গোষ্ঠ লোইরগা শকলিবা পালা অহুনা সংকীর্ত্তন লোই-শিল্লগা "জয় ভাই চৈতন্য নিত্যাই" দং খাক্লগা পালা অনি পুন্না লেপ্তুনা গন্ধ-চন্দন অমদি বরিবনচিংবা ইনৌ নৌনা অমুক তৌরগা "বিজয়-ক্রমেল" গী হৌনবী অমুক তাগনি।

## দধিমঙ্গল

লাইরিক অসিগী লামায় ৮--৯ দা দধিমঙ্গলগী মরমদা চাউরাকপা মশক অমসু উচ্চপ্রে। রাগবু হৌপ্রবদি দধিমঙ্গল য়াওগদবা ব্রাহ্মণ পুম্নমক শেম-শাবা অহুম্মক হৌবা য়ারে। সংকীর্ত্তন ময়ায়দা চঙহুনা হৌনবী হেক তৌগদবদি পুংনা সঞ্চার ৬ শুবা হেক য়ৈবা হৌরকপ-দনি। লাঃ ৮ দা হায়খিবহুনা রাগবু হৌপ্রবদি হেক্তমক তৌবা য়ারবা ওইনা থোকপ্রে, মহু মতাং অসিদা শেংদোক্লচরি। অসুম্না ৬ শুবা

সঞ্চারদগী হৌরকপনা মসিগী তৌবা হৌনবা চফূ-থুগায়বা ফাওবগী থবক পুন্নমক সঞ্চার য়ৈবা লোইদ্রিবৈদা ওইগনি।

## পোৎচঙ—

দধিমঙ্গল চফ্দা শাঙ্গাম অফম্বা, অনৌবা, য়াইঙং-মনা ৩ নত্রগা ৫ পানবা হৈনৌ মশা মচা অমা হাপকনি। হৈনৌ মশা অসি চফ্ মন্নুংদা মনা লুপশিল্লগা মখোল্লা মথক ওনখৎনা থমগনি।

## দেউতি—

দীপাহুতি (দেউতি) ৩, ৫ নত্রগা ৭ নম্রু তৌবা য়াই। কবোক অফাবা, মেক্রুক অমসুং লৈ মনা মচোইবা য়াওবা কম্বী অমা তোপ্পা য়াওগনি।

মথক্কী পোৎচঙশিং অসি মাগুপ মপুগী ফম্ফম ময়াদা (চিথেক্কী উখোং মনাক্তা) হান্নদগী হৌনা শেম-শাতুনা থমগনি। ধ্রুমেল সঞ্চারগী মন্নুংদা ব্রহ্মণ ৩না (পুরোহিত, ব্রহ্মা, তন্ত্রধার) মকোক ওইনা পুরোহিতনা দধিমঙ্গল চফূ পায়গনি, কবোক-মেক্রুককী কম্বীনা ব্রহ্মানা অমসুং তন্ত্রধারনা লৈগী কম্বী পায়গনি। মফম অসিদা দেউতি পুন্নমক মৈ চরগা ফীজোন শুনা শেৎপা ব্রাহ্মণ অমমমনা দেউতি অমমম পাইতুনা পরেং শানা মগুলী মনাক যোনবা চঙগনি। মগুলীগী নোংচুপ-থংবা ময়াদা দেউতি পুন্নমক চীলওক্লুগনি হায়বদি ইকোয়-কোয়না লেপ্লগা মতোন পুন্নমক থেংনহনগনি। দেউতিগী নোংচুপ্তা পুরোহিতশিংনা মায়-নোংপোক ওন্দুনা লেপকনি, চফূ পায়বনা মকোক থংগনি। পুরোহিতনা থৃত্তা পায়রিবা চফূ অতুদা লৈ-শুনচিংবনা পূজা তৌগনি।

মথংদা দধিমঙ্গলনা থিক্কুনা দেউতিগী মৈ অতুবু সংস্কার তৌগনি। অসুম্না মৈ শেংদোকপা লোইরবদা রাজ পুরোহিতনা তন্ত্রধারগা থোক-থিতুনা পুং-য়ৈবা মকোক্তা দধিমঙ্গলনা থিক্কনি অমসুং মকোক্তা লৈ হাপ্তুনা পূজা তৌগনি। অসুম্না মথং মথং পুং-য়ৈবা পুন্নমক তৌবা

লোইরগা ঈশৈ-হনবা, তুহার, খোম্বাংবশিং তৌরগা পালা পুম্নমকস্তু পূজা তৌগনি। পালাগী লোইরগা মোইবুং-খোংবা, মথংদা মাগুপ মপুদগী হৌত্না ভাবুক পুম্নমকস্তু খিক্লনা পূজা তৌগনি। অস্তুম্না ভাবুকপু খিকপা লোইরগা অকোনবদা মুম্বুবুস্তু (কর্ম্ম-কর্ত্তা) খিকপিগনি।

অস্তুম্না পুরোহিত তন্ত্রধার অনিনা হেক থোকখিবগা ব্রহ্মানা — "জয় দেউতি মঙ্গল হরি হরি বোল" হায়ত্না লৈ, কবোক অমস্তুং মেক্রুক য়াম্নবা অত্থু মৈগী মখাদগী মথক্তা লংখৎকনি। অস্তুম্না লাউনা লাউনা লংখৎপা অসি অহুম্নক হনগদবনি। অরাউবা খুদিংগী মৈ পায়বশিংনা "হরে হরে" হায়না খুমগনি।

মণ্ডলী ময়ায়দা অস্তুম্না লাউবা লোইরগা ব্রহ্মানা চিংত্থনা দেউতি পায়বশিংনা তুংদা অমমম লেঙত্থনা মৈ রাঙনা থাঙ্গত্তুনা পায়রগা ঈশৈ শক্না শক্না ইল্লক্কনি। অস্তুম্না কৌক্রু লাইজিংগী চিংথেক্তা (উখোং রাংমদা) লেপ্তুনা অমুক হরিধ্বনি লাউগনি। অস্তুম্না মথং মথং চিংখৈ, মৈরম, মোইরাং-লাইজাগী চিথেক্তস্তু তৌরুগনি। চৎপা মতমদা লোইত্রিবা ফাওবা ব্রাহ্মণশিংনা ঈশৈ শক্নি- -

শ্রীগোবিন্দগীদা অহল্লম্মন্না তৌনরম্বা মওঙদি—

হরয়ে নমঃ কৃষ্ণায় যাদবায় নমঃ।
যাদবায় মাধবায় কেশবায় নমঃ॥
হরে গোবিন্দ গোপাল রাম শ্রীমধুস্দন।
হরে কৃষ্ণ হরে রাম রাধা গোবিন্দ॥

মসিনা থায়নগীনি। চৌনফা পুনবা রাবদগী অয়াম্বনা হুজীক্তি মখাগী অসি তৌনবনা নমথরে। মখাগী অসিদি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা গয়াদগী হল্লক্লগা ছাত্রশিংবু লাইরিক তম্বীবা তোক্লনা তম্বীখিবা ইহান হানবা সংকীর্ত্তনগী মওঙনি—

হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ
যাদবায় মাদবায় কেশবায় নমঃ।
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন
এই সব নাম প্রভুর আদি-সংকীর্ত্তন।
(মসিনা প্রভুগী ইহান হানবা ঈশৈনি)।

অসুম্না চিথেক মরি লাউবা লোইরগা মাগুপ ময়ায়দা চঙহুনা দেউতিশিং অহু মৈ-মৈ ওনশিন্নহুনা মথক্তা তৌরুবগুম্না লৈপাক্তা থমগনি। মেক্রুক-কম্বী অহুসু ময়াদা থনম্লগনি। ব্রাহ্মণশিংসু মাগী মাগী মফমদা চঙনখ্রগনি।

রাজপুরোহিত অমসুং তন্ত্রধারসু মাগী মাগী থবক লোইরগা মাগুপ ময়াইদা চঙহুনা তন্ত্রধারনা কম্বী অহু থম্লগনি অহুগা রাজপুরোহিতনা দধিমঙ্গলগী চক্ অহু দেউতি লৈরিবা অহুগী ময়াদা নোংচূপ ওইরপ্না থাদহুনা থূগায়রম্লগা থোক্লখ্রগনি।

মসি হেক লোইবগা অরাংফম চঙলক্কূনা চাইরিবা পূম্নমক অহু শেংদোক্কনি। দধিমঙ্গল অসি ধ্রুমেল য়ৈবা খুদিংগী তৌনৈ। ঙম্নদবগী তৌবনি, হরি-সংকীর্ত্তন খুদিংমক্তসু তৌবা য়াই।

হরিনাম চট্টোপাধ্যায়না সম্পাদন তৌবা "পদরত্নমালা" দা মহান্ত বিদায়গী মতমদা দধিমঙ্গলগী ঈশৈ ইরি। ঐখোয়গীদি কীর্ত্তন অধি-বাসতা অমদি বিজয় অনিমক্তা তৌই।

---

দধিমঙ্গলগী ক্রম অসি শ্রীতোম্না শর্ম্মা রাজপুরোহিতনা পীবিবনি।

লোইরবা।

## লেখক অসিগী লাইরিকশিং

### ( অনুবাদ অমসুং থোমজিনবা )

১। মনু-সংহিতা, ২। কাদম্বরী, ৩। শ্রীকান্ত ১ম পর্ব্ব, ৪। নারীর মূল্য, ৫। বড়দিদি, ৬। বিন্দুর ছেলে, ৭। প্রিয় বান্ধবী, ৮। কৃষ্ণরস-সংগীত সংগ্রহ (শ্রীরীক্লিং শর্ম্মাগা অনুবাদ তৌমিন্নবা), ৯। আরবকী ৱারী, ১০। অঙাংগী আরবকী ৱারী, ১১। হিতোপদেশকী ৱারী, ১২। চাণক্য-শ্লোক, ১৩। রাধারাণী, ১৪। অঙাংগী রামায়ণ, ১৫। অঙাংগী মহাভারত, ১৬। কাশীনাথ (নমলি), ১৭। গৃহদাহ (নমলি), ১৮। রাগরত্নাকর (নমলি), ১৯। সংগীত-সার-সংগ্রহ (নমগদোরি), ২০। পিতৃ-তর্পণ, ২১। অভিনয় দর্পণ।

### মশাগী লন্নাই

১। কবোলোই, ২। লোইকুম লোইকা, ৩। লমজা অনি, ৪। খম্বা-থম্বু, ৫। মৈতৈ জগোই অহানবা শরুক, ৬। মৈতৈ জগোই অনিশুবা শরুক, ৭। মৈতৈ জগোই অহুমশুবা শরুক, ৮। মৈতৈ জগোই মরিশুবা শরুক, ৯। মৈতৈ জগোই মঙাশুবা শরুক (নমলি), ১০। মৈতৈ জগোই তরুকশুবা শরুক, ১১। মৈতৈ জগোই তরেৎশুবা শরুক।

